"... , ;— ? !! ।"

চীংমায়গী আতরগুলাপ মখোংদা
কুইনা উনরুদ্রবা মতুংদা
মিনিট অনিগী মতম
লীলা য়াওবীগী পিরাং
পলহৈদবা মফম অমদা
ত্নমিং থরনিগী খোংচং
অহানবা চহি থরা
য়েন্দেম কাংশোয়
মীকোক অমগী মমল লুপা অনি
অরোয়বদা চিথহৌরবা য়ারী

# মমিং তরা

## রণেনগী

অতৈ লাইরিকশিং :—

শরিক মখোল

?

নোংথক্তা পাইবা

ঐথোয় ইমুং

থোম্বাং

বাশক

তামোগা ইচেম্মাগা

# ১

## "চীংমায়গী আতরগুলাপ মখোংদা"

পোমশাংনরবা আতরগুলাপকী ঙাংশঙ ঙাংবা মচুহুনা কুইরবা মতম অমগী ঈগী মচু অহু নিংশিঙহল্লি, শংত্রিক শংলবা তিংথৌহুনা নোংজুথাগী নোংনা হন্না হন্না চামথোকখরবা অশংবা খাগীরং ফুবিং-খোংগ্রাওগী মচুহু লাকশিল্লো, চীংমায়গী আতরগুলাপ মখোংদা লৈরিবা লেংত্রবা সুংপাক অহুনা মাগী পুন্সিগী য়াহিপ তাক্নমনি।

শুপ্নগী চহি ১৯ দা মঙাইরি। ঙসি ফাওবা হিংলম্লবদি চহি ৪৪ হায়রনি। পাক্লবা ইপাক কয়া রাংমা লান্দুনা নোংমা লাকখিবহুনা ঙসিসু চীংমায় অসিদা মাগী মরুপ-মপাংশিংগী

মরক্তা তুমিন্না পোখারি। য়েংখিবদা পরেং পরেংনি, অদুবু কনামত্তা চেকমোক লাউদে। মখোয়শিংসে হিংলীউৈদসু অসুন্না পরেং লেপ্তুনা মাগী মাগী মথোদাং পাংথোক্লবা হোৎনবদগী খক নিংহন্নবা লৈখিদে। মখোয়গী মথম্মোইং, মথোনা অমসুং মরিংজেলদু মতৌ অসুন্না চহি কয়া চংনা মৈ ইক্লক্লবনি। ঙসিসু অমত্তা পরেং কায়দ্রি, লোইনমক ফিদপ্লিংঙাই ওইরবা, ফিজোল শেৎলবা লাম্মীগী মতৌগুম নংগী মিৎয়েংগী পাউদমখোল ঙাইরি। নংনা মখোয়গী চংখোল্লবা মায়থোংশিংদু উবা ফংহৌদ্রবসু, লৈখিবা নিংথিরবী সুংমায় পরেংশিংসিদা য়েংউ, মখোয়গী অমত্তা ওইরবা ৱাহৈ অদু চপ মান্নবা নংগী নাপ চিক্লা হায়রক্লনি,

"নংনা হয়েং য়ুমদা হনখ্রগা
অসুন্না ঙম্বিরম্মু মখোয়দা,
ঐখোয়গী ঙসি অসে
পিখ্রবনি মখোয়গী হয়েংগীদমক........."

চহি ভরেৎ নিপালগী মমাংদনি ঐনা মকম অদুদা ইহান হানবা চৎলুবা। মদুগী মতুংদা মপাদু লান্দুনা কয়ারক চৎথোক-চৎশিন তৌখ্রে। অদুবু অমুক্তা গাড়ীদগী কুমথদুনা মকমদুদা কোম্থোং অদু হাংদোক্লুনা নিংথীজরবা সুংগী শিরী অদু মথং মথং কাখৎতুনা মহোয় ময়ামদুগা ক্লজরবা টেনীস কোর্ট ময়াদুদা অমুক হন্না উনবা ঙম্মুদে। মহোয়না ঐবু গাড়ী মথুংদা কমক্লনা মহোয়গী মাইকৈদা য়েংতুনা চৎখিবদু উরম্লগ্নি ওয়োক

ন্নায়োরবস্থ ষাই ৗ অহুবু ঐঙোন্দদি কৈদৌঙৈদস্থ ফোংদোক্লক্রোই। ঐস্থ অচং খুদিংগী মহোয়গী মপ্যাহু য়োরগা পুক্লিং অসিদা করিনো অমা ফাওরকই। হায়কম খণ্ডদে। মহোয়গী ন্নাখল্লদা শাংলকা থেকোইনরবা চীং লম্বেল অহু তেনখিবা খণ্ডহৌদে। ঐগী পুন্সিগী খোংথাংদা মহোয়গী মনাক্তগী থাপ্লা চংখিবা তাহুনস্থ মহোয়গী অরোয়বা পাউজেলহুদি মতমলৈবা খিবিক্তা ঐগী থম্মোইসিদা চেংনা পুহুনা চংলকপনা ঙসি নংগী নফমদস্থ পাউদম্লন্নিবসিনি।

খণ্ডদে, করিগীদমক্তা মাগী অথাপ্পা পোক্লফম লমদমদগী লাক্ত্না মফম অসিদা পুন্সিগী য়ারেকফম থিররিবা? মহাক লৈরম্লবদি নং ঐগী খণ্ডনিংবা ন্নাহং কয়া লাইনা পাউখুমলমগনি। পুন্সিগী অচিকপা মফম থিরকপদগী অসিগুম্লবা চীংনা পল্লোন চনখ্রবা মফমসিদা য়ৌরকপরা! উম, চীংমায় অসে ওম্মোক্ল চিকখ্রে। ক্লোয়না লৈহুনা য়েংউ, অথাপ্পদা অনকপদা চীংগী-চীংমক্তা, লম্না তাবা খুল মচা কয়া অশংবা চীংশাং পরেংহুদা উগনি। থাবল থোক্ত্রবা অহিংদদি পূম্নমক অমম্বনি, নোংথক্ত ঙাম্লিবা মুশি-মুশিবা থন্নানমিচাক্তী মপৈহুনা নংগী মিংকী পোখান-ক্ষমনি। অহুবু মুংশিংতি অকিবা লৈতনা অমম্বহুদা হুমহুনা শাম্লবা ঙমই। অন্নাংবা উক্তাওগী অপুংবা উনা মরক্ত মুংশিংনা লিংতুনা শাম্লরকপদা থোরকপা খোঙ্কেল অহুনা নংগী হোম্লিবা মুংশাম্বরগী মখোলদো মরক মরক্ত লাকহংখিগনি।

অসিগুম্নবা ঙমিদাং অমগী নোংয়াই চবুক্ত মখোয় লোইনমক কোম মপুংদা স্বর হোংি হায়বা ফাওবা খঙহন্দনা নোংমৈ মচাক হান্দুনা. নোংমৈ চিংদোন্দা সঙ্গীন পান্দুনা ঙাই-ঙমদ্রবা মখুৎ অনিহুনা নোংমৈহু ফিভম চানা পায়হুনা মখুদোম্বীনা নোংমৈ তিংখলদা লৌশিন্দুনা, মনা থাঙ্গৎতুনা অমম্বহুদা মমিংহু কোয়না লৈনা য়েংহুনা মতমহু ঙাইহুনা লৈরি। মরক-মরক্ত মুংশাম্বরহু ফাথহুনা তপ্পা তপ্পা হোম্বরি। কংলবা খৌরী চরমহুদা চফক্করবা তিল খরহু য়োংথহুনা ঙমিং তরামঙানিরোমগী অরাম খৌরাংবহু কোক্লবা হোংনরি। মৈশা খরা খরা লৈরিবা মরৈহুনা মকু হুরবা চিনবান অহু তপ্পা তপ্পা লেকতুনা লাংতক্লবহু কোক্লবা হোংনরি। চৌংথক্কা অইংবা মুংশিংভুদা ইফুন তৈরবা মমায় অহু হুমাংনা পুম্লপ পুম্লপ লুপ্পি. তৈংথোক্লবা মতম লৈতে; নোংমৈ তিংখলহু চিংনবা, সঙ্গান অহু থিম্নবা চিরবা মতম অহু অহিং কয়া চুপ্পা লাংতক্লনা ঙাইরক্লি। অমম্বহুদা মতমহুদি খক লাকপা লৈতে, অহুবু মহোয়গী অকোয়বদদি য়েক্লবনা লাঙ্গোয় চনখ্রে, মহোয়দা তম্বিরকপা মহৈগী অরোয়বা চাংয়েং অহু অচিকপা মফমহুদা উংননবা থৌরাংদি লোইরে। মখোয় মশেল লৈশিম্নহুনা থাজনবগী মিৎয়েংগা লোইননা য়েংনৈ, অহুবু অমম্বহুদা অমুবা শক্তম অহু অমুক্তা শেংনা উবা ফংদে। অমুক থুনা মিৎ-না চোইদনা অমম্বহুদা কোয়না লৈহুনা য়েংই। কনামক্তসু লাকপা তাদে। অথাপ্পদা হরানোংনাং খোংবগী মখোলহুদি নক্লা হোনা অথেংবা অহিংহুদা তাই। বুট মপুংগী নমথিরবা

মোজানা য়োমশিনবা খোঙ অছু থাংনিঙবনা মরেং মরেং চংলকই। শুগৎছুনা থাংবদা মভায়। কুইনা মিশেল থাংলক্লবা, তুমনিংবনা লুমথরবা মিৎপান অছুনা মিৎ ঙহাক কুপ্পদা ফুংঙাইবা কাওবছু অমোনবা মোমপাক্ত হিপ্তুনস্থু অছুক ফুংঙাইবা য়োরোই। অছুবু মিৎকুপ অনিকানা উইশিন্নবা মতম লৈতে। কোমন্নুংগী ফুদিং নারবা লৈখোম মরক্তুদা মখোয়গী হকচাং অছু অস্থম অস্থম তুকথরকই। অছুবু অখাঙ কনবগী লিংজেলছুদনা মায়থোং মকা লাংশিন্দনা চিরবা মতমছুতবু থেংননবা ঙাইছুনা লৈরি। অসিগুম্বা মতমসিদা, থাপ্পা লৈহৌরবা ইমুং-মন্নুং, মরী-মতা, শাগৈ নাতৈ অমদি কায়না অহিংদা লোম্না উনরকখিবা চান্নবীগী শক্তম— পূম্নমক মথং মথং নিংশিঙলক্লমগনি। অছুবু কুইনা নিংশিঙনবা মতম লৈতে। থম্মোইগী চেংলবা মকম অমদা—মৈ, ঈশিং, ফুংশিংনা শোক্লরোইদৌবা কাচিন্দুদা মতম অমগী তুংগী আশাগা লোইননা থমজিনখিবদা তাই। মখোয়স্থু মীনি, অছুবু অহিং-সিদদি অতৈ য়াখল চংদনা চিরবা মতমছুতবু ঙাইছুনা লৈরক্লি। অমম্বা অহিংছুদা মিৎকুপ অমমমগী অশাংবসে মপান নাইত্রবা ইমায়গী চাংজৌ ওইখে। অছুবু মখোয়গী হকচাংদা ইনিলনা লৈরিবা মখৈ, চেল্লিবা ঈনা শিংলীদা কংশিনখিদ্রবা মখৈদি মখোয়গী লিংজেল মখোয়গী মখৌনাব নমহৎনবা অছুগুম্বা পেৎথরক্লবা থম্মোই অছুদি অথেংবা অহিংগী অমম্বছুদা কনামত্তানস্থু থুন্দুনা তুমিন্না থমজিন্নরোই। লৈরিবা মখোয় থন্না অদো য়ামিন্নরক্লবা থৌদোক কয়াগী ফুংঙাইবা মতম কয়াবু হুন্না

নিংশিঙনহুনা ফিদমনিংঙাই ওইরবা অমত্তা ওইবগী লিংজেননা চেথনা পুনশিন্দুনা মখোয়গী "অমত্তা" ঙাইরবা থৌদাং অদো নোঙ্গ নোঙ্গ মায়পুম্নিরমনবা অমুক হায়নবা লৈতমা মহৈ মহৈং ঙমজবা মখে পুথোক্তুনা হিংন্নিবগী লুংঙাইবহু থোংদোকবা চপ থুংনা নিংনখ্রে।

য়েক্লবগী শহম হেক কংবগা রাখল অমুক ভোদনা লোংমৈ তিংথলদা লৌশিন্দুনা লৈশিংবা খুদোংবা অহু খিজং চিংহুনা অয়োম্বা নাইরবা ঈরম কয়া কাথগদৌরিবনি। অমম্বা অহিংঙুদা য়েক্লবগী মশক্তি উরগৌই। উরগন্থু নহুনা ইহার হান্না উনবা ওঙ্গাদৌরিবনি। পুক্সিগী শকথঙমজিনৈদা ইথমুবগী হানগদৌরিবনি। মতম অম্মা মক্না অন্নুনা উনবা নৎলমত্রবদি থম্মোই মকারায় মীপুংশিগী মীলোকা লোইননা শকথঙনহুনা নোংপোক নোংচুপকী মরক্তা থম্লিবা পারুনা লুংশিনবগী ইপাক অসে তাইবং মীওইবগী অমত্তা ওইবা পুকচেলনা শমজিল্লহুনা পুক্সি অসিদা অরোবা শক্তম অমা পুরক্লবসু থ্রাই। অহুক্লু কদায়; অহিং অসিগী অমনা অমর ঙাইনরি। য়েক্লবনি হায়বা রাখলহুনা অমম্বা অহিংঙুদা মখোয়গী মীওইবগী রাখলদো অমুক্তা হেন্না তাথং মহুশিনখ্রে। মরৈবাকীদমক, মজাতিগীদমক, মথরাই হিংনবগীদমক লানফমদা য়েক্লবু ভুমা হাৎপদা ভারিগা। নত্রগা লানফমদা ইচং থৌনা মথরাই থাবদা তারি। মখোয়গী অতে কয়া লমজাং লৈরি? পুক্সিগী থোঙ্গাল খুদিংমক থিংজিনথুনা শিবা চৎথাং থঙদনা লানফমগী অশিথোংদা মীপুংশিগী পোৎয়োম লংশেক্তুনা

অমক্তা-ঙাইরবা পৃথিবীবু ইরৈবাক মীরৈবাক খায়দোক্লনা শক-চুগী মতুংঽ ইন্না' ইজাতি মীজাতি নাইদ্রনা ভাইবং মীওইবগী অমত্তা-ওইবা পূন্জি থৌদাং অদু কাউথোক্লনা অমনা অমবু হাৎনগদৌরি। থনবদা নোক্লিংই, মীমাংদা ইকায়বা পোকই, অদুবু অহিং অদুদদি পূক্লমক অসে কান্নত্রবা থাখল ঙাক্তনি; মথোয়গী হায়বদু ঊসিগী অহিংসিনা মথোয়গী হয়েংনি।

নোংঙাল্লমদাইগী শুক্লা মমশিল্লকপা অচেৎবা তাংলৌদুনি মখিংশিংদু অমত্তা- উইশিনবা লৈতে. অদুবু 'মহম্মা' নোংমৈ পাইরিবা মথুংতু ফাওবা উবা ফংলক্তে। ইচিক হুল্লকা অহিং অদু শহাক্ত ঙাইরে উচেক-হাম্মানা য়াকাইরক্লদৌবা। নোংগোক্তা তরং তরং থোরক্লগনি মশোং নাইরবা লনা অহিংবা মচুদী মুজিংবা। ইখঙ থঙহৌদনা মীচিক মীরাওখোল তাত্রবা অহিংদুগী অচিকপদু থুগায়দুনা য়াক্লবা খোল্লাও অমা কন্না লাউরক্লগা থুনা তুম্মিা লৈখে। মথংগী মিৎকুপ্পা-নোংমৈ মখোলনা কবোক পোকপদৌনা প্রোক প্রোক কাপনরক্লনা লাজনী খোল্লাওনা অচিকপদু মীহাৎ-মীরাওখোলনা থনখে। হাকথেংমনা য়াক্লরক্লে, শাথোম্মনা ওনমিল্লদুনা অমম্বদুদা লৈজবা পাজল ফুদোক্লখ্রে অরোয়বা মিৎকুপ-অদু শাংদোক্লবা লাক্লবি, থরাইগা হকচাংশা খায়নরমদাইগী অরা-মৈশা অদু খাংদুনা কন্না য়াক্লা লাউরি গুজিগী মমল গুজিনা শিংদুনা, থম্মোই থুম্না সঙ্গীমা লোংদুনা য়েক্লবগা য়েক্লবগা উমজিবা মীওইবা মশেল হাকথেংমনা রাক্লদুনা লৈমায়দা তুমিল্লরি। অমম-অঙান শিল্লরকপদা নারোলদা লান্দারক্লব্বা

য়েক্লবগী লেমহৌবা লাম্মী খরদু মনাক্কী অশোংবা উমংদুদা মাংখ্রে। অমম্বা অহিংদু হৌখ্রে। মুমিৎ তরং তরং থোরক্লে। মখোয়গী চোকথরবা মশাশিংদু লৈমায়দা তাদুনা লৈরি, তুম্নিং-বনা খাঙবা ঙম্লমদ্রবা মখোয়গী মমিংশিংদো মতম চুপ্পগী ওইনা উইশিনখ্রে। মখোয়গী ব্বারী অদু লিনবা কনা অমত্তসু লৈহৌদ্রে পূম্নমক হৌখ্রে, পূম্নমক লোইখ্রে। য়েক্লবগী মাইয়োক য়াবদা নিংহম্নদনা থরাই থাখ্রে। মখোয়গী ঈহ্ য়েক্লবগী ঈগা তিম্নদুনা লৈমায়দুদা য়েংথিনবগী তমথিরবা মিংয়েংদু লানশিন্দুনা অমত্তা ওইবা মীওইবগী ঈগী চাঁংজুম ওইনা ঙম্লবা লোকচপতুদা চেম্থখিতুনা মতমগী ইচেলদা তিনখ্রি।

ঙসিগী তনান তনানবা, লৈ-শুনা থল্লবা অশংবা তিংথোগী টেনীস কোর্ট অদু মখোয়গী পুন্সিগী ইতিম্নফমনি, মীরেন য়াওদ্রবা হকচাংশিংগী য়াওন্নফমনি, মখোয়গী মলোম নাইদ্রবা থম্মোয়গী মতম চুপ্পা নিংশিঙনবা লে দ্রবা খুদমনি, নং ঐগী ব্বাখলগী হৌরকফমনি, কনাগুম্বগী মিংলুগী ইরা শিম্থরকফমনি, মীওইবগী মফমদা লালগী থম্মোয় কায়রবা খুদোলনি।

নংসু মহোয়গী মোংফমদুদা কোয়না চৎতুনা অতৈ ব্বাখলমক খল্লবসু মহোয়গী মমিং-মথা, চহি অমদি মথৌনাগী মরমদা ইরিবশিংদু পারু। মখোয় লোইনমক মথৌনা লৈরবা ঙাক্তনি, মখোয়বু মতিক চাবা ইকায় খুম্নবা উৎতুনা থৌনা ফবগী মনা চাওনা পিখ্রবা ঙাক্তনি। মখোয়শিংদুগী মরক্তা ইনখৎলক্লিবা নহারোল কয়াসু য়াওরি। মখোয়গী পুন্সিগী অব্বা-মুংঙাই কয়াদু

মখোয়গী মোংফমদুদা লোৎতুনা থম্বগুম তৌরি। নংনা মিৎকুপ খরদং মদুগী তুংখুল লিদুনা খম্বরু, নংগী রাখলদো পুন্সিগী অরা-মুংঙাই কয়ানা থুমহৎলক্কনি। মতমদুদা নংনা হংনিঙলক্কনি, "করিগীদমক্তা শোক্করিবা লালনো?" হায়না। মসে ঐঙোন্দদি হংলক্কসু। কবিনা হায়ববু মীপুম খুদিংনা খঙনরিবা পাউখুম অদো ঐসু অদুম মখুমগনি। অদুবু খঙনা খঙনা, উনা উনা মীওইবনা ঙসি ফাওবদা হন্না হন্না লালগী তমথিরবা খায়াৎতা চোংশিল্লীবসে উরুরগা ঐগী পাউখুমসে নংদা নত্তনা মীপুম খুদিংনা চংনদ্রবা রাখলগী অঙাওবা ফিদমনি হায়বসু য়াই। অদুনা চীংমায় অদুদা শাংলিবা মখল মচুগী লৈ ময়াম অমদি পরেং নাইনা লৈখিবা মুংপাকশিংদুনা নংগী রাহংগী পাউখুমদু লায়না পিবা ঙমগনি। ঐনা মখোয়গীদমক অমুক হায়রুদ্রবসু নোংজু মুংশানা ফাওবা লেহনবা ঙমদ্রবা মখোয়গী নিংথীজরবা মোংফমদুনা মতম চুপ্পদা রাহং পূন্নমক্কী পাউখুম ওইদুনা লৈরগদবনি। মখোয়সে কনাগীসু মীচং নত্রে, মখোয়দি নোংপোক-নোংচুপকী রাফমদু অমুক হন্না লৈত্রবনি, শক-চুগী তমথিরবা পল্লোন অদুনা কৈদৌঙৈদসু কোয়শিন্দুনা থম্বা ঙম্ররোই-দোবনি, মখোয়সে মীওইবগী অশেংবা থম্মোইগী পাউজেলদো মতম চুপ্পদা মুমিং থানা লৈরিবা মথৈ নিংশিঙহন্দুনা লৈরগদবনি। খুংলায় থাদোক্তুনা মখোয়না মীমুংশিগী চাওরবা লম্বেলদা তাইবং মীওইববু লমজিংদুনা পৃথিবীসিদা হিংমিন্নবগী মুংঙাই য়াইফবদু পুরক্লবা চাওরবা থৌদাং অদু লোখ্রবনি। চীংমায়গী

আতরগুলাপ মখোংত্নদা মতম চুপ্পা নংবু ঙাইত্নুনা লৈরমগনি। অমম-অঙান শিন্নরমদাইত্নুদা অরোইবা ওইনা, মখোয়গী থরাইগা হকচাংগা খায়নরমদাই মতমদা নংগী নফমদা অসিমক্তং তম্বিরুনবা হায়রম্মী :—

"নংনা হয়েং য়ুমদা হনখ্রগা
অস্মুন্না তম্বিরম্মু মখোয়দা,
ঐখোয়গী ঙসি অসে
পিখ্রবনি মখোয়গী হয়েংগীদমক !!"

# ২

## "কুইনা উনরুদ্রবা মতুংদা"

বিক্সারালাতুনা মাঙ্গোলগী দাড়ী ময়াতুদা স্যুইট কেশ মচাতুগা বেডিং ময়োমতুগা থম্রগা "অসিন্নাইদা অস্সুম থম্বা য়াবদ্রা ?" হংলকই। শাবী শেংপী মুপীতুনা বিক্সাদগী কুমথবক্তুনা বিক্সাগী মমা দা যাল্লিবা দোশীগী থাউমৈ মচাতুগী মৈচালতুদা অচৌবা বেগ মচাতুদগী পৈশা লৌথোক লৌথোক্ল,

"য়ারনি, পৈশাবু কয়া তাববগে ?" হংলকই।

"লুপা অনি মখাযদং হেক পিবিবো।"

"ধর্ম্মশালাদগীনা অসিফাওবদবো য়াম্না হায়মল্লেদা!"

"মুমিদাংনিনা ভাবা খবা হেনগংলি।" অমম্বতুদা মুপীতুনা, 'অচোয়ববু য়াওবিগন্ত্রা' হায়তুনা লুকথতুনা ম্বড়ী মচা অমা

মপাম্বোমলোমদা চখংলপ শিবা তনৌ তনৌবা য়েংথংবা মথুংতুনা বেগ মনুংতুদা হন্দুনা থিরী।

"সে, শুরব্রা য়েংউ।" হায়তুনা ঙহাক ঙায়নরবা মতুংদা রিক্সাৱালাতুদা পি। রিক্সাৱালাতুনা মৈঙালতুদা মথুবাক ওইথংবদা লুপা অমা চংপী নোট অনিগী মথক্ত পৈশা অচোয়বা খরা নন্দুনা লৈবতু মথুং য়েংনা খরা চাইখায়তুনা তুমিন্না পারগা থুনা,

"অহোয়, শুরে চংচরগে।,, হায়রকই

"শুরেকো, ইহে, ঐগী ঈশিং হাপ্পবা পাত্রতুগা চেময়োম মচাতুগা অমুক্তা লোথোকহোখিগে' কাউধু কাউরমগনিদা ভাব অমদা।"

রিক্সাৱালাতুনা চেয়োমতুগা, ঈশিং হাপ্পবা প্লাসটিক্কী পাত্রতুগা মুপীতুদা পিতুনা,

"অতৈদি থোইদোকপা চিথদ্রেকো?" শোম্থাংননা শোল্লকই।

"থোইদোকপা চিথরম্মরোই।" মুপীতুনা খুম্না খুম্না ইমুংলোমদা থুনা চংলকই।

রিক্সাৱালাতু অমম্বতুদা রিক্সাতু ইস্থোকতুনা কোম্থোংলোমদা গদ্রং গদ্রং থোকখি। রিক্সাৱালাগী থাওমৈ মচাতুগী মৈঙালতু লৈত্রবতুদা শুমাং অমম্থং মাঙ্গোলদো শুক্লা মমশিল্লকই। মুপীতুনা লোল্লিবা মমাংথোংতুদা তপ্পা মখুংনা থিন্দুনা,

"পাজী পাজী!" কৌরকই। ইমুংমনুংদগী মখোল লুন্না, "কনানো?" হংলকই। মুপীতুনা লাতক্লনা, "ঐনে পাজী।" হায়না খুমই।

তুমিন্না লৈ। ইমুং মঙ্গংত্না মনা'থোঙ তম্না লাকপা খোঙথাংগী শরুমত মপান্দা লুগীত্থী মনাদা ফাওই। মথংম্মোইদা দিং দিং চোংই। লোক অত্ত অত্ত খুনা খুনা মনা'থোঙত গে লাউনা হাংদোকই। অহম হায়না খোঁদেমত্না লালংতেনত্ত থাঙ্গংত্না থোঙ ময়াদা লেপ্লুনা,

"কনানো ?" হায়না তপ্পা অমুক্কা হংলকই।

"পাজা, ঐ লাকে।" হায়না হবাপ্পনা কেংবকই।

মৈচালত্তদা ফিভম শোক্লবা অহলত্তগী পোক্লা চৌববা অফাবা মশামত্তগী কোম্লবা মকথংব মাইথোত্তগী অকুংপা মমিৎ-অনিংদো অচকপা অমদি থাচংদবগা য়ান্নিনা শাকিক য়েংতুনা,

"ঐগী ইচাংনপা থাদোই লাকরনা, নু ভাইংবদা ইপাদি।" হায়না ফো দোকই। অহলত্তগী মমিংতদা ইবা খজিক চেন্নকপত্ত মৈচালত্তদা ইবং লখংনা উই।

"লাউ চচকউ, নংগী নংপোং নচৈ যাংপ্পবকপবা; অতৈ কনাদি লোইনবকই, নথম্ববা? খংনিংনা হংলকই।

"ইথম্তনি, পোং-চৈ খবা হাংলকই। পাজী হকচা, অতুক থিনা শোক্লবদি কৈদৌরে—নাকবত্রা?" মচানুংগীনা মগী ফিভমত্ত উবদা মথম্মোই শোক্লা হংলকই।

"নাদে ইপা নাদে, অহল অমুক ঙইরক্লবদবু কনানা হনুদনা লৈয়ু য়াগদংগে, কদায় কদায় নংগী নংপোং নচৈত্ত ইপা থাংজিনবিগে, লালংতেনসি তুক পাইয়ু।"

"সুইট কেশসিদি ইয়াং য়াংই ঐ থাংজিনজগে য়ানি।" হায়দুনা থাদোইনা মখুং ওইনা লালতেনদু পায়দুনা মখুং য়েংনা সুইট কেশতু য়ান্দুনা মপাগী মমাং থানা ইমুংদা চংলকই। শংত্তপ ওইনা শাবা য়ুমদু কাগা অমত্তা থায়দে। মপানা বেডিংদু খুয়াগী ফক্লাং ময়া নপ্পা থমদুনা মতুগী মথক্তা ঈশিং তাপ্পবা পাত্রদুগা চেময়োমদুগা থমদুনা লালতেনদু খরা লৈখংলি।

"লাউ লাউ ঙহাক ফমদুনা পোখাখো—ব্রাবরিনী, চাকতি চাবক্লব্রা?"

"অচোয়-অপা খরা চাশিনক্লকুনা ইচাবু চানি ত্রি! পাচৌদি চাক চারব্রা?"

"ইপাদি ন না খঙলিবদুঙাই কুইবে নুমিদাং নুমিদাংসি চরা হেনবা নমা নৈতইঙদগী।"

থাদোইদু ভুমিন্না লৈ।

"নগী চাক খরা থোংনবা তৌগেরা? ইপাদি মিং নাগা ফংচিল্লক্তবসিদা নুমিদাংসি কয়া নুংঙাইতে।"

"য়ানি, খরা তপ্পা থো ক্নগে। তাদাদি চংখোকখিব্রা?"

"কুইরে নগী তাদাদি ননম্মুগা লংফৈদা থবক তৌবা চংখিবা। নঙোন্দা পাউ থাবক্লদবসু নংগী লৈফমসু ইপাদদি খঙহল্লক্তেদো। নঙোন্দা চিঠিগকা ইরক্লু?"

থাদোইদু পুনঙক ঙক্লা থোকই। মপানা ফমুংদুদা মখোঙ য়াম্বদুনা ফম্বদু মুন্না য়েংদুনা লেপ্পি। ফম্বংননা থুন্নকই,

"ঐদি হৌজিক্তা খঙবসিদা মঙাইরি।"

“নত্তে, নংবু নহালমখৈ কপায়দা লৈরুবগে ?”

“মফম অমদা তং তানা লৈতে, কোইচং চংত্না থা অমনা মফম অমদা থা অমনা অনৌবা অতোপ্পা। মফম অমদা অসুম্না মফম অয়াম্না শিনবা থুংলুবে।”

“ইপাদা পাউ অমত্তা থারক্কবদি করিগীনো ?”

“অরেপ্পা নাইদবা পাউ ময়ামতু ইরুরগা করি কান্নগবনো হায়ত্না ইখিত্রবনি। পাজীদি স্কুল ওজা অত্নম ওইরিবরা ?”

“ইপাদি পেন্সন ফংবা চহি তরেং নিপাল শুফিল্লক্লবদবো।”

“পেন্সনদি কয়া ফংই পাজী ?”

“থাদা লুপা ৩৫্ নি। ইপাগীদি য়াম্ন য়াম্মল্লে।”

“তাদাখোয়দি ইম্ফালদা থোরক্লমদ্রা ?”

“কুইরে নহালমুক চহি ৪ রোমগী মমাংদা থোরক্লম্বদগী থোরকখিদবা। চিঠিসু কয়া তোইনা ইরক্তে।”

“পাজীগী চাক-ইঙ্খাংদি কনানা থোংই ?”

“কনানা থোংনি, এনা থোংজৈদনা। নহোয়না পিক্লিজৈদগী ইপানা ময়ংতিগী থোংত্না পিজবতু হাওত্রানে; ইপাসু চাকথোংবা হৈবনিদা।” হায়রকই। নোকফেৎ তৌরদনা অহল্লত্না মচান্নুপীদা য়েংত্না মথা অমুক তাথরকই,

“তৌজিক্তি নং লাক্লবনিনা নংগী নখুৎ অমুক চাবা তারেদনা। নত্তে, নংসু অমুক লৈফদা চৎখিগদ্রা ?” খরা মিপাইরপ হংলকই।

“উম, চৎখিগনি। চৎলম্বরা ?”

মচানুপীগী মমায়দা য়েংলম্বা মমিৎতো লৈমায়দা থুনা লৈথতুনা তপ্না হায়রকই,

"নংগী থবক্না য়াক্নবদি চংপনা কৈ। কৈদৌউবা অমুক চ গে হায়রিবা?"

"ঐগী ছুটী নুমিৎ তবানিথোইনিদনি। পাজীগী হকচা নগা শোঙ্খিল্লকপসিদা চংলন্নসিরা খল্লিবা, চহি অমুক কুইরসিমু পাজী নথন্তু অমুক খানা লৈরক্লে।"

"অহল ওইরবা ঐনা চেন্নতুনা নহোয়বু কয়া কুইনা ফাতুনা লৈবা ঙমগনি—শিবমদাই য়োৗরক্লবা মতমসিদা। নহা ওইবিবা নখোয়গী রাজলদা ইপানা থুবো থা নিঙদে। ইপাগীদি নখোয়বু মপা অমা ওইনা মী অমমম ওইনবা শেম্বনা ইথোনি। মতুগী মখা তাবদি নখোয় নশা নশাগা থোদানি।" অহলতুগী পুন্সিগী রাখলদু শন্নপা হায়রকই।

"য়ে ভোই, নংগী চাক থেংলনি, চাক থোংনবা তৌরকো।" হায়না মখা তাথরকই।

নুমিৎ তবানিথোইনি হৌখিবতু খঙহৌদে। গাড়ী থাবা মতম ওইরে। অমুক ঙন্নাতুদা মচানুপীতুদা মুন্না য়েংতুনা মুংশিনা পাউমেল্লকই,

"চংলুখো চংলুখো, লাই থুরুম্মু।"

"পাজী চৎচরুখিগে।"

"চৎলো চৎলো, হেক য়োৗবগা হন্দক্তি চিঠি ইরকউ ইপাদা।" মপি ইরা চেন্না হায়রকই।

মপা-মচা মুন্না য়েংনৈ। রা মথা অমুক তাথবা নংথ্রিউৈপা গাড়ীহু থাখ্রে। বসকী থো নাও মচাহুদগী মঙক্লু পৈনা য়েংথোরক্লা মপাদা মথুং হায়রকই। মথুং হায়না হায়না লৈহৌই। মথুংতু থাদহুনা অমোংপা ফৈক্তোম মচিহুনা মপিচ্ছু তৈথোকই। রাখলনা ফুম্বংননা ময়ুম পা না নখোঙ থা্লকই। মাগী মল্লবা য়ুম মচাহুগী খোঙহু হাংদোক্লা ইমুংদা চংলকই। মচান্থপীনা লৈরম্বগী ইথন থল্লম্বা য়ুমহু ইহাং অমুক হাংই। মাগী কেম্লবা থম্মোইগী মৈচাক্কা, মচান্নুপীনা নুমিং থরনি ইথা থাজদনা লাক্লম্বহুনা, ওমচাক্লরম্বা মাগী পুন্সিগী অরা-ন্নু ঙাই কয়া ইনৌ-নৌনা মৈরী ফনা অমুক চাকললকই। চহি কয়া য়ুম অসিদা মথন্তু রাখল কয়া তৌহুনা লেনখ্রে। অহুবু ঙসিগুম্ব অমুক্ত অস্নুক চিরু মাগী ময়ুমসি থেংনখিত্রি। লময়াইহুদা লেপ্লুনা কোয়না লৈহুনা য়েংলকই। পোৎ খুদিংমক মতম অনগী মকম অমগী রারী কম্না মথং মথং নিংশিঙহল্লি। মপিনা অরেপ্পা লৈতনা শিম্বরকই কুম্বি-কালেনগী মৈশা য়াক্লা লাংলুরগা কুমগী নোং লাক্লগা থম্মোইদা পোথাবা থরা ফংবা অহুগুম্না—পুন্সি খোদাদা কম্না শংলুব্রবা মাগী থম্মোইদো ঙসিদি নিংশিঙবগী ইচাওনা থুমহংলকই। মসিনা মাগী রাশকনি, মসিনা মাগা নুংশিবগী থুদর্মনি, মসিনা মাগী পুন্সিগী খোঙথাংনি। তুংগী লম্বীনা শাংহোরবা মাংগী লম্বীনা তেল্লক্লবা মতমসিদস্থু মাগী থম্মোইদা রাশক অমদি ঙাকখিবা তারি। রাশক অসি ঙাকপনা মাগী হিংনবা পাম্বৈনি, মাগী কংলবা তাইবংদা নৌরবা য়েম্লিংনি। মথন্তু কাহুদা শোল্লকই—

"অসিরা পুন্সি—ইচাগুপী-সুপা চাওনবা য়োক্লনা হৌজিক্তি মাগী মাগী মাইকৈদা খোঙথাংখি। ঐগী কুইনা ঙাইরক্লবা মতমনি। হৌজিক কয়া কুইনা অমুক ঙাইখিগনি ঐগী অরোয়বা মতমছু। নত্তে, ঐগী মিৎসিনা উইশিন্দ্রিবা ফাওবা মখোয়গী মতৌ য়েংহুনা সুংঙাইখিগনি—অহুবু, অহুবু নোংমচু লাক্লগা মখোয়বু কনাদা শিন্নরমহুনা নংগী ননাক্ত করম্না লাকনি! নংসে ঙসিদি য়ুমসিদা লৈবগুম্ন ঐগী থম্মোইসিদা ফাওরি। ঐগী নাইতোম তারবা চহি কয়াগী য়ারী অহু নঙোন্দা থম্মোই শোক্ল তমহুনা নংগী নমিৎতা পিগী ইরা অমুক চেলহল্লরোই। নোংমা তাইবংসিদগী ভুমিন্না লাক্লনা নঙোন্দা লোইনা য়ারী শারগে। ঙসিদি ঐগী য়াশকসি মপুং ফানা ঙাকখিগে। অহুবু নোংমদি—অহুবু নোংমদি......... "

# ৩

## “মিনিট অনিগী মতম”

ইন্দ্রাণী! নংনা ঐবু কদায় য়োনা হুংশিবা খনবদা মমই। নংনা ঐবু ওম্থোকপা হায়সি-হায়ঙমদা কাউসি কাউঙমদবা ফিভম অমদা লাংতক্লহনা থম্মোইগী পোম্বাকম খঙহন্দনা ঐগী ব্রাখল অসে নংগী মংলানচান্দ কোইহুম হুমহনা পুরি। খনবমখৈ খল্লুমগা, ঐতনা খঙ্গক্লবা ওইরমাল্লে চিংনরক্কুনা নংগী ব্রাখল অসে মপোক অসিমগী থাদোক্লগে নিংলুরে। নংগী নতোসিনা পোল্লেপফম খংদবনা, খরম্থু শাওনিংবনা, খরম্থু ওইননিংবনা। অদুবু মথংগী মিংকুপ্তা নংগী ব্রাখলদা হেক্তা লুপ্তুনা লৈরম্মী। অউবা-অথঙবা য়াওখ্রবদি ঐসে ঙাওরে হায়খিবা শোয়দ্রবনি। অদুবু ঐগী থম্মোইগী ব্রাফমদি অতৈ অতোপ্পদদি লাইরদনা

নঙোন্দা ফাওবা কোংদোক্লবা ঙমদ্রি। ঐনা হায়রিবসি তাপ্নবদি ঐসে নংগী মুংশি লিচাংনা চেৎনা পুনশ্নবনি হায়না থাজদবা ঙম্লোই।

নংগী থম্মোইগী কাচিন্দা ন.না থব্রাই-হকচাং য়াওনা মুংশিজবা কনাগী শক্তমবু চেৎনা লোংত্তুনা থম্লব্বা য়াই। ঐনা নঙোন্দা মত্তুবু কনানো হায়না করম্না হংগনি। নংবু মুংশিরুবগী হায়রবদি খুদক্তা ইকায়-শেঙ্গোয় ব্রাংমা লাম্না হংনিঙবনি। অত্তুবু ঐনা মসি নঙোন্দা হংলুবগা মুংশিবগী মায়খোংদা মিহৌবগী শককমত্তু তশেং তশেং উৎপদা তারনি। খল্লুরগা ইকায়নিংঙাইনি। থাঙঙমদত্তুনা হংলুরগা, নংনা ঐগী পাউথুমত্তু পিরক্তদ্রা পিরক্লোইদ্রা হায়বস্তু চিংননিংঙাইনি। অত্তুবু নংগুম্বীগী থম্মোইত্তু অত্তুক হাক্ল মুংশুম্লদি কম্লম্মোইদ্রা নিংই। অত্তুবু ঐনা অসি-মতুংদি হংনিঙই, "কয়িগী লাইরিক মচাসিগী অহানবা লামাইদা নংগী তাবদা থম্মোই শিত্থুংবা 'ইন্দ্রাণী' হায়বা তেনতকপা নমিংসিদা ইত্তুনা অসিগুম্লবা অচিকপা অথাপ্পা মক্কম অসি তাম্না থারক্লিবা?" নংগী নফমদা ঐগীদমক অতৈ ব্রাহৈ অমা ফাওবা লৈত্রবরা? নত্রগা হায়রুত্তুনা ইরুত্তুনা কাম্নদে হায়ত্তুনা ইরকত্রবরা? নংসে কয়াদা তমথিবীনো! অথাপ্পা অচিকপা মকমসিদা কনাগী রাখলদা মতম লেপ্লি হায়বা নংদি থঙলম্মোই মরমদি নঙোন্দা কনানস্তু তম্লম্মোই। নংনা থারকপা লাইরিকত্তুদি অনিরক অত্তুমলক হুম্না হুম্না পাবা লোইরে। অপাবা খুদিংগী কয়াদা মুংঙাইবা হায়বত্তুদি নংগা নোংমা উনবা

কান্দা ফোংদোক্কে। অতুবু নংগী নমিংসিদি মশিং থিডমদনা হন্না হন্না পাখ্রবস্থ তৌজিক কাওবদা পাবগী লোইবা নাইদ্রি। অপাবা খুদিংগী মুংডাইবগী চাংজৌ অসে অস্তুম অস্তুম হেনগংলকই, মসিগী ফজবসে মিংকুপ খুদিগী অস্থন অস্তম ডাম্লোইরকই। নংগী নমিং অসে পানা পানা ঐন, নংবু অভোংপ অভোম্পা ফিজোলদা শংশ না উবা ডমই। নংগী ফজবত্তুদি পুণিমাগী থাজগুম ইফদা ফজত্তুনা লৈ। নংসে শেংলি চাবিবা খুদিংগী ইপক্তু পকচৈ। তশে না নসে কুপী ওইবীগী চপচাবা চাংদম-নিংডাই লৈত্রবা ফজবতুগী লেংদ্রবা খুদমনি। ঐনা হায়রিবসে নংগী চেংলৌ হেন্না নিংথাবা অতুতবু নত্তে, নগী পাইমফুংগী মক্তবা মুংশিগী ইচেলত্তুবুস্তুনি।

ঐখোয়না মকম অসিদা মতৌ কবন্না মতম লেল্লি শডলব্রা! নহোয়গী রাখল অমদি লৈবাক্কী রাখলদা চহি ওনখিবা খড-হোদে। ঐখোয়না মসিদা অইং-অশা কয়া খাডত্তুনা লৈবা ডম্লিবসে নহোয়গী রাখলদা ঐখোয়গী ডহাক পোত্থাফম ফংবত্তুননি। ঐখোয়না মসিদা লৈরবস্থ, নখোয়না মত্তুদা লৈত্তুনা লৈবাক্কী অমগা ওইবা লিংজেলত্তুগা লোইননা ইরৈবাক্কী মমল নাইদ্রবা নিংতম্ববু শিরফাওবদা ডাক্লনবগী পাঙ্গল পিবা ডম্লিবসিদগী অহেনবা পুন্সিগী খুদোলপোং অতোপ্পা অমা ঐখোয়না অতৈ কনাদগীস্থ ফংগনি নিংদে। নহোয় ঐখোয় লোইনমক পাক-চাওরবা ইরৈবাক্কী লমদমসিদা মাগী মাগী তোডান তোডানবা পুন্সি লেম্নখিবনা অমগা অমগা নোংমা নত্রগা মিংকুপ অমা

ফাওবা উননবগী মতম ফংখিদনবসু ইজাতিগী ওইবা লিচীং অহুদি খাম্বী মৈনা হকচাং অসে তুম্বা চাকখ্রবসু থদংগা। ঙমদনা লৈহৌবগনবনি। অহুনা নংনা থারকপা লাইরিক অহুনা ঐগী থম্মোইসিদা অহুগুম্বা লিচীংনা চেংনা পুনশিনবা হেল্লকই। খন্দুনা য়েং, ইন্দ্রাণী, নং ঐ নোংমতসু উনখিদ্রি। অহুবু মিংকুপ্পা থম্মোইগী ওইবা য়াহে কয়াদি চিংনবা লৈতনা ফোংদোকপা ঙমই। মশিনি ঐখোয় ইরৈবাক মচাশিংগী থম্মোইদা চেল্লিবা পুকচেলসে। নং ঐ শকখঙনদ্রি—ফোটোদা ফাওবা উখিদ্রি। অহুবু ঐগী বাখলদা নংগী শক্তমদি লাইনা লাকশিনবা ঙমই। ন নসু ঙম্রমদনি নিংই। ঐনা নংগী নমিংসি পাকবগা খল্লি, কবথা ইন্দ্রাণীনো! ঐখোয় লৈবাক্কী মী কোটী কয়াসিগী মনুংদা লাইবিক হৈবী ইন্দ্রাণী কয়া লৈরমগনি। মহুগা মবক্তা নংসু অমনি। নংগী পোক্লফম, লৈফম অমদি নহাক অসে নংনা হায়বদো কুপ্পা শুপায়না ইরকপগী মহুংতা নংগী তেনতকপা ইন্দ্রাণী হায়না ইংগিসনা ইরকপা নমিংসিনা অৱাংবা থাক। পাখল অমা ফোংদোক্লি। ঐনা চাওথোক্ল হায়বা ঙমই মহুদি নংগী অকুপ্পা মরোল ইরক্তবগী মবমদি নংনা এখোয়বু থাজবা ব্রাৎপদগী নত্তে হায়বা। অহুগী মহুংতা নংনা ঐখোয়গী মরমদা খবরা হৈবসু খল্লি হায়বসে মসিনা তাক্লি।

নংসে ঐগী ইমাগুম্বা ওইরম্বা য়াই নত্রগা ঐগী মুংশিরবা ইচে-ইচনগুম্বসু ওইরম্বা য়াই। অমনু ওইরবসু অমবু ওইনবসু

ঐনা মত্থু খণ্ডলুবগী কান্নবা লৈতে। নংসে পাক্লবা লৈবাক অসিগী পিক্লবা মফম অমদগী ওইরম্বস্থু য়াই। অদুবু নং ঐগী পোক্লফমদি ইরৈবাক অসিনি। নংগী ফজরবা, অপিকপা নত্রগা অচৌবা য়ুম অমস্থুং নংগী মরি মতানা চন্দবমখৈ লৈরম্বস্থু য়াই। অদুবু নং ঐস্থু ঐখোয় লৈবাক্কী চাওরবা ইমু অমত্তদগীনি। ঐনা নংবু মুংশিরুবদা করিমত্তা কায়বা লৈতে। মপোকসিমগী উনবা ফংদ্রবস্থু মুংশি-মুংশি পুন্সি ইথমনবদা কনানস্থু নোক্লবা ঙম্লোই। মুংশিবা হায়ববু করিনো? চান্নবীবু মুংশিবনা মুংশিবদা মওইরবরা? ঐনা নংবু মুংশিবদি অথন্নবা মুংশিবত্থু নত্তে। ঐনা নংবু মুংশিবগী চাংজৌদি মীমুংশিগী তোর্ব্বান্দা তত্তনা ইন্নাইফম ওইরিবত্থুনি। ঐনা মসিদা নিংঙাইদনা শান্নবদা কনানস্থু লুরাক্লনা য়েংলোই। ঐনা নংবু তশেংনা নংসে কনানো খণ্ডলম্নবদি ঐগী অসিগুম্বা অরোনবা থম্মোইগী রাসে ফোংদোকপা ঙম্নমদবস্থু য়াই। অদুবু ঙসিদি নংগী অরাংবা লাখলগী থাক্তা নংগী নমিং-সিনা ইরৈবাক্কী ফিদম্লিংঙাই ওইরবী মুপীশিংগী অপুনবা শক্তম অত্থু লৌত্থুনা লৈবনা ঐনা ঐখোয় ময়ামগী ওইবা মক্তুবা থম্মোইগী মপাউ অসে মকারাম্ন পুক্লিং তুজুংনা নঙোন্দা তম্বা ঙম্লিবনি। নংগী মীমুংশি খণ্ডলবা থম্মোইত্থুনা ঐখোয়গী অথাপ্পা অচিকপা মফমদগী থাখিবা পাউজেল অসে মঙোয়দা শোয়দনা তম্বিরুগনি নিংই। মসিগীদমক নংবু ঐখোয়না হন্না হন্না থাগৎলি অমস্থুং নোংমা নত্রগা নোংমদি ঈশ্বরগী কৃপাদগী নংসে কনানো হায়বত্থুস্থু খণ্ডলকখিগনি হায়বসিনা ঐখোয়গী অমত্তা ঙাইরবা

থাজজবনি। নঙোন্দা ঐখোয়সে কনানো হায়বত্থু অমুক ফোংদোক্লুবগা নংবু ঐখোয়দগী খবা থাপতোক্ল শকখঙনদবা মীওইগুম্ম খল্লি হায়না নংনা খনখিগদবগী শকক নংগুম্বী পুকচেল চাওবীগী মফমদদি মপোকসিমগী ফোংদোক্লম্মরোই। ঐখোয়সে নংগী [illegible]। অতৈ [illegible] হায়বসিদং খগুহনবা, [illegible] পো[illegible]গী মহৈ য়াল্লে নিংজগনি। মসিগী সাক্ষীদি মতম অমদা মিংকী পিসিনা লেংদ্রবা খুদম ওইবগনি। ঐখোয়গী রাইসে, হকচাংদা চেল্লিবা ঈসিনা মচু হোংখ্রবম্ব লে দনা লৈহৌবগদবনি।

অস্তুম্না ইন্দ্রাণীনা থাবকপা লাইবিক্ক ফব-ফব কাপ্না ঐগী ফমুংতুদা লোংখ্রাক লোংনা হিপ্তুনা মঙল মঙল খল্লিংই ঙহাক্কুদা ওর্দ্দালীতুনা থোঙদা কাক কাক থিন্দুনা.

"সাহব, গাড়ী লাক্লে" হায়না হিন্দীদা হায়রকই।

ঐনা মিনিট অনিগী মতমতুদা খনখিবা ময়ামত্থু মাগী মখোলতুদা লোইনা তিনখি। অযুক্কী পুং ৪ মিনিট ৫৫ চংলে। পুং ৫দা পাইখংকদবনি অতোপ্পা মফম অমগীদমক।

"রাজু, সে লাইবিক অসে হোবেন ওফিসব মেসকী লাইব্রেরীয়ান লাক্লগা ঐনা পিবমই হায়না পিশিল্ল। সাহব কদায়দা চংখ্রবগে হায়বগা টেম্পোরেরী ডিউটী লোইতুনা মাগী হাল্লগী মফমদা চংখ্রু হায়যু। খঙলব্রা?"

ঐনা ইপোং-ইচৈ খবত্থু রাজুবু গাড়ীদা থাঙ্গংহন্দুনা, "সে, সিনা নংগী বংশীসনি। লাইব্রিক্ক পিবা কাউন্নুকো।" হায়তুনা 'ইন্দ্রাণী' থাবা লাইরিক মচাত্থু বাজুদা শিন্নরমতুনা মফমত্থু অমম-অঙান শিন্নবা মতমদা থাদোরক্লে।

# ৪

## "লীলা
## য়াওরীগী
## পিরাং"

ইরেম্মাগী কা মচানি। ফমুং অমা, টেবিল মচা অমা, খুয়াদা অমোংপা ফি ময়াম্ন চয়োম শানা য়াম্থরবা ফিয়ানখোক অনেম্বা অমা। অতৈ থোইদোকপা লৈতে। কাংখল মমায়দুদি মচেং মচেং ফোংপনা য়েংফম খংদবা এক্সট্রেক্ট আর্টিসতগী খরা হেনখে। টেবিল মচাদুদা হিদাক লিকলী মচা মরি মডা তাদুনা লৈ। সন্ধ্যা য়াচংবা মতমনি। মুসি মুসিবা ইলেকত্রিকী বলব মচা অমগী মঙালদুদা পুন্নমক মম্নি মম্নি উই। ফমুং মথক্ত চেপ্পা হিপ্পুনা মমিংথু উইশিন্দুনা কাংখল মথোং ফাংলিবা অদোমদা ওন্দুনা ভপ্পা ভপ্প নাহেরি। অতৈ কমামত্তা লৈতে। মপান্দগী হোদোং অরাংবীগী ওপ্প খোংলকপা ওয়াও ওয়াও হায়বা মখোলদুনা কাদুগী শিথরংপা ফিভম অদু অমুকা হেন্না থুজিলহল্লকই।

ইবেম্মাগী অরোয়বা শিননি। খায়না মৈশানা খাওওমম্রবা লৈনা ওইদুনা ফর ফর ওন্দুনা খাওবি। নাহেবা নত্তনা রা মচেৎ অমত্তা ভাংখিদ্রে। অরোয়বা ফিজং থাদদ্রিবৈদা —মাগী রাখলনি। মমিংতি উইশিল্লী।

লাইরিক ময়েক চংতবী ইবেম্মাগী রাহৈগি ওস্তোক্র খোইথুম্লে। চিনবান ভাংবী তৈরুদ্রবস্মু, পিশুম গহু য়েবলুদ্রবস্মু, থুনিং অরাবী তোহুনা শাওং-শাথেক তৌহুনা অকেপ। ফিজোল শেংতুনা মিংচাগী তেঙ্গা খোংলুদ্রবস্মু ইফদা-ফজদনা লৈবা ইবেম্মানি—ইয়ায়দা শাংগী পোমশাংনরবী থরো অঙোবগুম্বনি। লাইবকগী চরাংনা ইয়েং-য়েংশিল্লবস্মু মাগী ফজবহুদি পুন্সি ই ... পুন্নমক্তা মিতানফমনি। মাগী পামজবদি মিংচং অমসুং লন ..., মাওইবগী পুন্সিবু মশক খঙনবা হোংনবনি। পিক্লিবৈদগী লীলা কুহন শুকথহুনা, নৌথদনা, নোক্তুনা, কপ্তুনা, থিগংতুনা, তৌনিঙহুনা লীলাগী ফম্বাকথক্তা পুন্সিগী মখল মখলগী মিয়েং অদো মচু তানা, ... চুপ্পা উৎনিং-লকই। অদুবু কুইদে, মীয়ামগী শেনবনবা নিংহয়েনা। মহাক অসে মতমদুগী চপ চাবী লীলা য়াওবী ওইখিবা। লীলা ...গী থোইনা লেমজনিংঙাই লৈরমদে। অহোইনহুন হুক্কচন ... অদুবু মানা সীতা শাহুনা মৈনু দা চংলমদাইদা ... থখিবা রাহৈ খরহুনা য়েংলিবা ভাগোক্কী থম্মোইহুদা ওয়েওক নি ওমদবা অমদি পোকহনখি। অসিদা নত্তনা মাগী মওয়া ফরিবৈদা নিংথৌগী মহা-রাণীদগীনা চপা নাপ খেল্লবী লমচংনাহদবী মীওই অমা ফাওবা থক্তিক্ত চুমথোকনিংঙাই লৈতনা নথং মথ শাখিবহুনা ইবেম্মাগী

মমি সে লৈরক খুল্লক খুদিংদা তত্তনা তাবা ফংই। অতুবু মীয়ামগী "লীলা যাওবীগী" তমথিববা মিংযে তুংভদি মান। অসুক কুইবসি নাম্বোকপা ভমখিদে। মাগী নাম্বোকপা ভমদনবা মবম কয়া লৈ। মমা মপা লৈত্রতুনা মনেগী মযুমদা লৈতুনা লাইবিক-লাইশু নিংথীনা তম্বা ভমখিদবগী মথক্তা মহাক্ত মথরাইনা পামজনা লীলা অমুক্কা য়াওশিল্লে। মশরগা লময়োবী ওইরে। লীলা য়াওববা হায়বসিদদি খংনবকপা চিংনবকপা মীওইসে মথল মথলনি—ইচম চম্ন। কৌদা কৌনকুবদা চংভা চংনিন্নকুবদা উহৌবা মীগী মিংয়েংতুদি "লীলা যাওবীগী" মিয়েংতুনা খনখ্রবনি। লীলা অমা কুম্বা তাববদি থুনিং খবা চনা অযুক-অুংথিল পানা তমতুনা শান্নবা তাই। শাতুনা লৈশাবীনা থেনা মযুমদা লীলা তম্বা লোইতুনা হনবদা তাই। অউবা কানুগী রাবেম ভানবগী ফববা মচাক্নি। লৈশাবী নংথ চংলহনখিবদি তৌনদবনিনা, মনেতুনা মাগা লাকমিন্নবা ভমহৌদ্রবদি, থিন্দোক থিঙ্গন খবদি মতৌবে। মসি মাগীদি থা অমা বদি অমগী রা নত্রে, মথৌ অমা ওইববনি। মসিগী মথক্ত মীওইব হায়বসিদি অপাম্বা অনিংবা পুন্নমকপু থিংতুনা খবদি ভমদবনিনা মশক মতৌ ফজবা মশা নানবা পাখং কয়া লীলা য়াওবনু ইবে লীলা য়াওদববু ওইবে ইবেম্মাগী থম্মোইতু অয তৌবা ভম্নবা অচেক-- অতকপা মচিন থৌব তৌববা মুংশি চিঠি কয়া, রাহৈ কদ, খুংসল-পোৎ কয়া শিজিন্নবকপদ নওনা ইবেম্মাগী ফজবনা শুনংবিতুনা ইকায়শেঙ্গোয় রানা লান্দুনা মনেগী পেনা সা মুংতিগী দিউতী তাতুনা কিহোম চাতুনা, পানা দাতুনা, কলেং-মুন্দোক্তুনা

ব্রানোমলুবনা কোঙ্গায়নি। মসিনা পেল্লক্তুহুনা ইবেম্মাখোয়গী লৈবক্তা লিপৎ লিপৎ চৎতুনা মানা লীলাহোলদা লাকথোক লাকশিন তৌবা ঙাইহুনা থৌগল তৌগদবগী ঙাইবনা কোঙ্গায়নি। অশেংবা মুংশিবগা লোইননা ইবেম্মাগী ব্রাখলদা ঙাওরম্বা কাংবুস্থ য়াওবম্বদি য়াই হায়ববু অয়াম্বদি ঙহাক্কী ইরাংদা লৈশি-লৈথোল্লবা ঙাক্তা ওইনা তৌই। ইবেম্মাগী মশক্কুনা মহাকসে অসিগুম্বা মনুংগী ইচেলগী ইতিনক্ষম মুন্না থংলোইদবা মাল্লবস্থ মশাগী লিচৎ নিংথীনা ঙাক্ক চৎপা ঙম্লবদি শিংই। নিংথীনা হায়বা য়াদবা মতাংদা থিনা হায়হুনা মমু য়ৈথেকখিবা মীওইশিংহুনা মলোম থমহুনা ইবেম্মাগী শাজিনবদা, হায়শিনবদা পকচরগদবা ব্রারী কয়া থুনা শন্দোরকই। চুমদবনি, অরানবনি খঙনা খঙনা মথব্রাই শোক্কা কপ্পস্থ কয়ারক য়াওখ্রে। অহুবু মাগী পুন্সিগী পামজবহুদি পুন্নমকসিনা থিংবা ঙমখিদে। মীব্রা-মৈশা লাংহুনা মাগী অমত্তা ঙাইরবা মথৌদাংহু পাংথোকপা ঙম্লবা কন্না হোৎনরকই। তত্তনা খল্লকই, লাইরিক হৈবী ওই-রম্লবদি ঐহাকপু অসিগুম্বা মিংয়েংসিনা হন্না হন্না ইকায়বা পিরম-গদ্রা! লাইরিক্তি হৈহৌদ্রবনিনা মাগী অশেংবা থম্মোয়গ লোইননা অসিগুম্লবা তমথিরবা মীমুংশি য়াওদ্রবা মিয়েং অসিবু মায়থিবা পিহুনা মমল নাইদ্রবা মীওইবগী কলা মখল অসিবু অব্রাংবা থাক্তা থাঙ্গৎতুনা মীপুম খুদিংগী থম্মোইদা অনৌবা ঈচেল অমা পোকহন্দুনা 'লীলা য়াওবীগী' ফিদম্লিংঙাই ওইরবা মীয়েং অমা চেনহনগে হায়ব-সিনা মাগী পুন্সিগী অমত্তা ঙাইরবা অনিংবনি। মসে তরায় তরায়বা থবক নত্তে। মরু ওইনা ইবেম্মাগী মক্ষমদদি অহানবদা

শেঙ্গাও থলহল্লিংবা ইবেম্মাগী মনেগী চক্রি, অনিশুবদা লীলা কাংগী মনুংগী অমোংপা লিচং কয়া, অহুমশুবা লেবাক মীয়ামগী শেরাল্লববা মিথয়েং, মরিশুবদা ইবেম্মা মশাগী অশান-নুংশি থওলবা থম্মোই। পুম্নমকসিবু অকিবা লৈতনা মাইযোক্লহুন, থম্মোই শেংনা লীলাগী ফম্বাক্ত কাহনা মুমিংতুগী ওইকরিবা মীওই অতুগী মপুন্সিহু নিংথীনা উৎহুনা মাগী অনিংবগী লম্লেলদা পন্থংকম য়োনবা খোঙথাং অমা থাংজিনগদৌরিবনি। থন্দুনা য়েংউ, কদায় য়োনা মাগী শাখলহু লুনা খন্থবা তাই হায়বহু। মচাক মশামক চিন্তান পোংশল্লববা ইবেম্মানি হায়বত্ত পুমকাউ কাউথোক্তুনা মপোক অমদা হিংলবনি হায়না লৌরবতদা মও, তানা শাবা ওমগদৌ-বিবনি: অসিগুম্বা মপোক অসে লীলা অনৌবা থুদিংগী অমমম পোক্নি। লীল অনৌবা অমমম তম্বগা লোইননা ইবেম্মাগী মপুন্সি। মারা-মৈশা অমসুং অরা-নুংঙাই কযাম্ভ হেনগংলক্লিবনি। অদুবু লীলা অমমম শান্নব, লোইবগা মাগী অনিংবগী মাইকৈদা খোঙথাং অমমমদি তত্তনা থাংজিল্লিবনি। অদুনা ইবেম্মাগী মপুন্সিসিদা হিংলীবা পুন্সিসে মখল ওম্থোক্ল য়ামথে। মসিগী পুন্সি মখলশিংসিদা ইবেম্মাগী মরল্লাই ওইবা পুন্সি মখলহুদি নিংথীনা উজবা ফংদ্রবনি। মাগী ওইজবা কয়া থাদোকপা তাই, নুংঙাইবা কয়া মিহোক্লদবা তাই। মাগী মপুং ফারবা লৈশাবীগী থম্মোইদা অশেংবা নুংশিবগী মমিহু তারবসু কনাদসু তুমিন্না ফোংদোক্লবা ওমদে। হেক ফোংদোক্লবদা অতাবা অমনা তাখগা অউবা অমনা উখগা মাগী অশেংবা থম্মোইগী

মুংশিবহুবু মাগী নিংথোজরবা মশক-মতৌগী থিংবা ঙমদ্রবা অপাম্বনি হায়না পাউথোক-চাওখিগদৌরিবনি। ইবেম্মাগী নিংথৌজরবা মশক্তনা লাং ওইদুনা মাগী থম্মোই অদু নিংঙমদবা মৈশাদগী নাম্থোকপা ঙমদ্রে। মসিনা মাগী অমত্তা ঙাইরবা মপুন্সি কোন্নরগদবা লাইনা ওইখ্রে। মাগী পুন্সিগী খোংচৎতা ত্তুনা উনৈ, ত্তুনা কে নৈ অদুদু থম্মোই থম্মোইদি কোংদোক্লবা মঙমখিদ্রে। কবিগীসু অম্বুক কিগল্লুরিবা! মুংশিববু পাপলা? অমবু ওইরবসু অমবু ওইরবসু, ইবেম্মাগী অনিংবদুনা কনমনখিবনা মানা তুমিন্না মুংশিজরুবা মীওই অদুনা মথম্মোং শেংনা ব্রাহৈ থরদং ইকাই-নু শি য়ান্নুনা কোংদোবকখিবদা "লালা ব্রাওবীগী" মুংশিখঙদবা শকলোন অমা মিংকুপ্তা তন্না উংতুনা মুংশি-মুংশিনা মুংশিখঙদবী শাকবনা ঙসি ফাওবা নিংবা কাযদুনা লেল্লি। ইবেম্মাগী থম্মোইসে মুংশি-ইচেলগী ফজরবা কিদম অমসু ওইরম্বা য়াই অদুদু অমুক হন্না "ঐ লাল্লে" হায়রুনবা মাশক অদুদি মঙোন্দগী থাপ্পা ওস্থাক্ল থপ্পা নি ঙমদনা চংখ্রে। ইবেম্মাগী অথাঙ কনবা অমদি লাল য়াওবাগী কিদনু লেনজনি ঙাই ওইহন্নবা চহি কয়া মথাগ' ওইরবা কনা থাদোক্তুনা, ঙসিগী মাগ্নামগী মিংথেল অনৌবা মাচু শিবা মদি অমা তাহনবা ঙন্নক্লবা মতমসিদদি মাগী থম্মোইগী মুংশিববু মিনল্লুবগী চৈনা-খোলদো নোংমা নোংমগী তেনগংলক্লে।

উইশিল্লিবা মমিৎ অনিহুদগী অম্মা লৈতনা মপি শিন্থরকই। অদুবু মাগী নিংবা কায়রবা মরংশোংদু উরগা থম্মোইপুবা

ঙন্নোইদোবা মীওইশিংদি মনাক্তা লৈরে। মাগী অনাবা মতৌদু য়েংদুনা লৈরিবা ভাবোক্তি মিংকম হোংবা য়াদ্রে। অদুবু কনামত্তসু হোংচিন্দুনা "ইবেম্মা নংবু কৈদৌরবগে?" হংবিরুবা লৈতে। মরমদি মাদি লৌলা য়াওবানি, মরাই চাইথরক্লবনি, লৌলাগী ফম্বাক্তা মাগী অশেংবা থম্মোইগী নিংঙমদবা মৈচাক্লুগী মৈশাদু কনামওনসু মদুবু মপুং ফানা শরুক য়াত্তনা অদ্রাবা ফোংদোকপা ঙম্লরোই। ইবেম্মাগী অবাৎবা ফিদমদু মখেয়েনদি ভুক্কচরবা পুন্সিনি হায়না খন্দুনা মানুংশিগী মৈবাদো উবা ফংলোই। অশোয়বদা উবা ভাবোকতুদি লালাগী ফজবদু থক নুংঙাইবা ফংলোই। অদুনা মহোয়দি অরোয়বা ফিজ দু থাদরকপা ঙাইদুনা থুনা ফুক হোগংদুনা হান্না নপাম্বোক্কদগী ঙাইবা ঙাক্তনি। অদুনা ইবেম্মাগী পুকচেল থদবা মীওইশিংনদি ঙসি ইবেম্মাগী ফিভমসি উরগা নহালমখৈ ন ভুবকপা পাপকা মহৈনি হায়না খন্দুনা হৌজিক ফাওবদা "লৈল য়াওবীগী" মিংয়েদুনা খানা য়েংদুনা খানা নোক্তুনা কল্লক পেল্লি। মাগী অরাবা পূম্নমকসিবু মিংকুপ অমত্তং লিদুনা অরাবা পোথোক্লবা পাম্বৈ লৈরক্লবা মতমসিদা ইবেম্মাগী কংলবা চরমদা যোংথবদা নুংঙাইবা হায়ববু মানা দমক্তা থবা মাগী মপুন্সিদা লৌলা য়াওবীগী ফিদম অদু চুমথোকপা তোংনবাগ্রে, ময়ামগী মিংয়েংদুদি মতমগী মতুং ইন্না মরাইচা চুংথোকচবক্তনি হায়বসিনি। মসি খন্দুনা মাগী মকশিন্নরক্লিনা চোংলবা মায়থোং অদুদা থজিক মোমোন নোক্তুনা শিক্লবা মাগী মল্লি-মল্লিবা কা মচাদুদা তুমিন্না ব্রাহৈ খবদা মদগী শাল্লি। থওরোইদনা,

য়াক্ল খোংজকপা হৌদোংগী মখোলগা লোইননা কাগী মৈহু খঙমুৎ-মুৎখিহুনা ইংবেম্মাগী অরোয়বা ফিজংহুমু থাদরক্লে।

"অসিনি 'লাইরিকহৈবী' নংবু ঐনা তৌহন্নিংবা মওংসে। অমুক তারক্লরবসু নশানা জ্ঞান অহুক তারবদু মসিগী একটিংসিবু অমুক তারুবা চংখিদ্রনে? হেরা, য়েংঙোই, শম্মা হায়রবদনে, হৌজিক হৌজিক তৌরিবা লীলা য়াওবীগী ফিভমসে উরেদনা, অহুনা মসিগী অনৌবা নিংথৌ অমা লাইরিক লাইশু হৈবীশিংনা ঙসিগী সমাজসিদা পুরক্লবা তৌশি হায়বনি। য়েংঙোই, ইন্দি, অরোয়বা শিনসিবু ফজনা উৎপা ঙম্মবদি ঐখোয়গী লীলাসে হেক্তা মপুং ফারে। মতমদি ইরৈ লৈশিল্লক্কু বনিকো, হোৎনেদো নয়ুমদা হনখ্রগা তামোনা ঙসাই হায়খিবহুবু হায়না হায়ফেংতা থলু, ভাইলোগ্ কাহু ঊয়াইক্লমু—হয়েংদি একটিংহু মরাইনা পোপ হেক্তা তাজগনি ইচনসিদি। মক্লওইবদি। ফিলিওন্নিনে ফিলিচ, খংজেদনা!"

# ৫

## "পলহৈদবা মফম অমদা"

মফমদি হায়দোক্লবে'ই। কালেন থাগী মুমিং তর, তদং থাকপা অয়ুক অমনি। পুং ৭ চপ চানা তারে। ঐখোয় মরি মণ্ডা অহানবা পাইগদবা কাংবুহ্ [illegible] কমদা ফমত্তুনা চফম থরা য়াওনবা থুখোরকপা ডাইত্তুনা লৈবি। নোংমাগী পাইদ্রিবৈডদা কবিগুম্বা থরা চাদনা [illegible] [illegible]রনা য়াদে। চানিংদ্রবস্থ ঈশিং য়াস অমত্তা ওইরবস্থ থক্কে। তৌদবা য়াদে হায়বা অকনবা নিয়মদি নত্তে। অত্তুবু মশা মশানা খওনা চৎনবা ডাক্তনি। মবমদি চরি ইহাপ-হাপ্পা নোংথক্কা য়াংনা পাইখৎতুনা থরো-মাল্লো ওনবী শান্নবা মতমদা হকচাংসে থুনা চোকথত্তুনা কোকসে ডাওফিং ডাওফিং তৌত্তুনা কবিগুম্বা কান্দা মিংতা তন্দন হেক উবস্থ য়াওই। মসে য়াম্মা খুদোংথিনি ডাইনি

মরু ওইনা মিনিট অম- মটেল ভংগং চেন্না লাংনা উতোল পক্লা পাইহৌনা শান্নরকপা মতমদা। অদুনা মুংতিগী শাফম অমা ওইরবনিনা মতমসি য়োৎবগ পুকসে ইহাপ হেক্লা হাপই। অদুনা মহে মহে ঐখোয় কাবুর খবত্থু মুংতিগী অয়ুকসিদা উজ্জাগরগী ফোং ফোং শাবা ব্রেকফাস্টতু কোফী অশাবা কপ অমগা লোইননা পুকসে থনভক তৌনা চানবগা মাগী মাগী নোংমগী মথৌত্থু পাংথোকপা পাইনক্কবা ঙাক্তনি।

উজ্জাগর অহল ওইরে। মাগী আনোকতু য়াওদ্রবদি উবা ঙমদে। মশাস্থু তনাপ-তনাপই, থোংবা বাংদে, কুচু মুন তৌবহৌনা মচুবাদা পোক নিংথৌনা হৌবে মাগী তরা অহৌবনা মরী পানবা আনোকতু অকুংপা মচুবাত্থুদা ফনা নিংথৌনা নশিন্দুনা অকুৎপা মমিৎ অনিত্থু মিংশেল অথাবা অকেংযবা অনিহুনা থাল্লি। ঐখোয় নহারোল অনৌবা লাকপা কাংবুনক। মঙোন্দা থিনা চৈরুবকা য়াপোৎ নত্তে। ঐখোয়গী ও, সি, ফাওবা মানা থিনা হায়বা ঙম্লিপোৎনি। অত্থুবু মহাক অমুক্তা ব্যবহার কায়বা তৌদে। জপান লাল মন্নুংদগী মাগী থবক অসি তৌহুনা মফম কয়াদা কোয়চৎ-চৎলক্কুনা ঙসি ফাওবা ঐখোয় কাংবুসিগা অমুক লৈমিন্নবিবনি। মাগী ব্রারা মুঙাই মুংঙাইবা কয়া লৈ। মহাক মুপী থিদে। মসিগীস্থু মাগী মু ঙাইরবা ব্রারী অমা লৈ। ইংলিশনা বত্রং বত্রং মমিংও-মনাও ঐখোয় ময়ামসে ওমহৎতুনা তাহনবা ঙমই। হিন্দাস্থু মৈ হৌবিনি। লাল মন্নুংগী মীনিদনা। অত্থুবু ঐখোয় মশেল ইংলিশনা ঙাক্তা ঙাংনবনা মাস্থ ঐখোয়দা।

ইংলিশনা ভাংই। সাহেবকা মতম কুইনা তেংনংহৌবগী হৌনবা ইংলিশ ভাংবকাদি মণ্ডোন্দগী তমজনিংভাইনি। ইববা মাগী তলব লৌবগী শোয় তৌবদা খুবী শোয়নি। অহল অতুক ওইরবহু ঐখোয়না পাইরুবগা হল্লরুগ। মণ্ডোন্দগী হৈ মহী গিলাস অমা লৌহুনা,

"উজাগর নংগী লাল মপুংগী মেম সাহেবতুনা করি হায়বহ্না ?" হায়না নোকফেৎ হংলুবদা মানা মহুদা শুকথরহুনা ইংলিশনা,

"সাহেব, ইরাইবকসিনা কত্রিবস্থু ওম্থোকপনি, মতমহুদা মেম সাহেবতুনা ইংলেণ্ডদা চৎসি থবক অফবা অমা পিগে হায়বহু চৎচরমল্লবদি হৌজিক হন্নুথংদা অস্থুন্না থবক নোমখিদ্রা ঐবো ! মতমহুদা ঐগী ইমানা ঐসে ইংলেণ্ড চৎখ্রবদি মেম মুপী শোয়দনা লৌরক্লনি হায়হুনা চংকে শুকয়া য়াখিদ্রে। হৌজিক্তা নিংভম্মক্রে।"

ঐখোয় ময়াম মাগী হৈ মহীহু থক্লা থক্লা, "ও . .ও . . . . উজাগর নংগী ফরবা চান্স অমা নাম্থোকহৌবেদো, নং চৎলম্লবদি মেম মুপী ফজবী অমস্থু ফংলমগদবনিদো। নংগী ইংলেণ্ডগী সাহেবকা মেম সাহেবকহুদা চিঠি অমা ইখোদনা হৌজিক লাক্লগে হায়দনা, ঐখোয় ময়াম নংগী ইংলেণ্ড ফাওবগী ভারাহু পুথোকপিরগে।" হায়হুনা মাগী মতৌ য়েংগদবগী লক্লরকই।

"হৌজিকপু হমুথংদা চৎলুদনা কৈদৌনি, মীনা মুংশিদনবনি।"

মযাম লৈ'ইনমক ব্রা লাওনা নোকই। মাস্থ ময়াম মরক্তুদা হি হি লাওনা গিলাস অহাংবশিংহু খোমজিন্দুনা ময়াম অঙাওবা শেম্বত্নুদগী নাম্ভোক্লবা পবপ পরপ হোৎনরকই। মাগী মাযথোংহুদা ঃশাওবা শুকউ উবা ফংদে। নোংমা ফাদোক মতম চা'না ব্রেকফাস্টকা চাহৌত্রবদি মানা ঙাংথবকপসি অঙকপনি—

"সাহেব, চাবা থকপা মতম নাইবসে হকচাংদা যাম্ন কান্নবনি। সাহেবখোযনা পাইস্থ পাইবগা মতম পুত্রবদি নহা অত্নক ওইবিদ' হকচ'হু থুনা ফংলক্লরোই। লংকৈদা অস্থম্না অহল-লম্মন ... তৌনিংবদা তৌরবদি কনানা ঙাংবীনি। সাহেব ... লাইবিক-লাইগু হৈবা অফিসরনি, অত্নবু ঐনা অহ... ওইনা ঙাংবসি ব্রারৌবদি তৌবিগম্মু ... গকা ... টেবিল ময়াদা লেপ্তুনা ব্রেকফাস্ট চাগে তৌবিদৌর, ... কপত্নু "হায় হোয হয়েংমখৈ মতম নাইবগে" হেক ... বা লেপ্পা পোৎ নত্তে। চাকলুক মযাদা, ফন্নিডৈদ, ...নবগী ইমানা চৈথবকপত্নদগী থরখিৎ হেল্লি। অত্নবু ... ওবদা মাগী মগুণত্নু খঙবনিনা কনামত্তনা "ভার্নিংদে তুনিল্লৈন্নুসে" হায়না লাউহৎপা অমত্তা থেংনত্রি। অনৌবা লাকপা মাগী মঙণ শঙত্রিবা অফিসরনা খঙদত্নুনা থরা থিনা "ব্যবহার খঙদবা শারদদ" গকা হায়ত্নুনা চৈক্লরবদি ব্রা মখা তারমদনা ঐখোযগী ... গী মনাক্ত চৎত্নুনা,

"বরা সাহব, চহি অস্মুক বৃ-ইবসি বরা সাহেবনফাওবা অস্মুম হায়না নোংমতা চৈখিদ্রি। অদুবু অনৌবা লাকপা মথোং খঙদবা ওফিসরসিংনা অস্মুম হায়না তথি তথি হায়বসিদি মহোয়দু মুংশিন্নুনা হায়রুরগা........" হায়দনা রাকংপিনি।

উজ্জাগরগী মগুণ মুন্না খঙলবা ও, সি, না "কনানো উজ্জাগরদা ব্যবহার খঙদনা ভাংল্রিবদি ?" হায়দনা মাগী ওফিসতগী মখোল হৌনা ঐখোয় ময়ামগী ফমফম কা তান্না লাউরকপিনি। মতু তাবদা ময়াম থিক থিক নোক্কুনা অনৌবা লাকপা ওফিসরদুদা রারী রাখোং মুন্না লিদুনা থুনা ও, সি, গী—মনাক তান্না চৎলহনখিবিনি। উজ্জাগরগী মমাং মক্তদা ও, সি, না শকফম পুথোক্কুনা অনৌবা লাকপা ওফিসরদুদা,

"য়েংউ, নংনা অহল অস্মুক ওইরবা ঐখোয় ময়ামসিবু পোকপা য়ারবা মীওইসিদা অদুম্না তথি তথি হায়বা হৌনবা ? অদুগী মৎক্তা মাদি নংহায় ঐখোয়না তৌদ্রিবৈ মমাং আদগী ঐখোয়গী স্কুরাড্রন-সিদা থবক তৌরক্লবনি, ওফিসর ৰয়া লাইনরক্লবনি, স্কুরাড্রনসিগী রারী মুন্না খঙলবা কুইরবা মীওই অমনি। নং ঐদি চহি অহুম অম মবি অমা মসিদা লৈরম্লগা অতোপ্পা মফম অমদা অমুক চৎখিগদবনি। মাগীদি মসিনা ময়ুম ওইনা লৈরবনি। মানা অহল অমা ওইনা নহোয়দা করিগুম্বা খরা হায়বদা থোইনা রারৌনিংঙাই লৈরোই নিংই।" অস্মুম্না উজ্জাগরবু পেন্নবা শাংনা থম্মোয় শোকপা মান্না ভাংথরকপিনি। অনৌবা ওফিসারদু

ইরাংছু খঙলক্‌না শালাম কোংদগা থুনা থোরকপা নত্তনা উপায় লৈতে।

পুন্নমকসি পুমকাউ কাউরদনা ঙসাইগী অনৌবা ওফিসরছুনা পোত্থাছুনা চৌক্রিদা ঙাথত্তুনা মানা ঙসাই পাইরবগী মরমদা হায়কেং খন্দুনা লৈরিঙৈদা উজাগরনা তপ্না চংলক্‌না,

“সাহব, য়াম্না সুংঙাইত্রবরা? ঙসাই ও, সি, না য়াম্না ঙাংথে অছুবু ঐনা ও, সি, বু সাহবতা চৈহনগে হায়রছুনা পাউ তান্নবদি নত্তে। মসে অহল ওইরবা ঐগী থম্মোইগী ৱানি। ঐনা সাহবতা থরা হায়বছুদি তশেংনা সুংশিছুনা অহল অমা ওইনা হায়রবনি, য়াম্না ৱাবৌরব্রা? ঐবু মাপ তৌবিয়ু। সাহবনা য়ানিংত্রবদি হয়েং মতুং মনাও ঙাংজররোই।” হায়না শোল্হাংননা হায়রকই।

অনৌবা ওফিসরছুনা ইঙক-ঙক্‌না, “ঐদি ঙসাইনা কাউশ্নবগে, ঐনা খঙদহনা তৌবনি, শাওগ্নু।” হায়রছুনা নোকমি নোকমি তৌহুনা হায়রবদতা হয়াও হয়াও চংখি।

উজাগরগী পুক্নি অঙকপনি। ঐখোয়না মফম হোংছুনা চংপা থুদিংদা মাসু য়াওবিনি। ৱারবা মতমদা ঈশিং গিলাস অমা পারহনা লাকপছু উজাগরনি। ঐখোয় ময়াম মরক্তা মহাকছু ইথুং-থুংঙাইনা নৈংথাকপা ঙমই। মানা ঐখোয় থুদিংমক্তা ৱারা ৱাখোঙ, পোককম নৈকম শিং-শিংনা খঙবিনি। তিন্নবদা সুংশিবা য়াওইনি। মাগী মঙং মংতৌহু উরগা অমুক হেন্না সুংশিবা অমা পোকই। মানা ঐখোয়গী মরমদা তশেংনা ৱাবা ঙমই। করি মরমদগীনো, ঐখোয়না অমুক্তা মঙোন্দা হংজুবা

ভোৱে। নোংমা কাদোক ঐখোয় ময়াম পুল্লপ পূন্দুনা কুইৎ-ফিরোং ভোৰদস্থ মাগী মুংঙাইজবগী ভমখৈ লৈতে।

ঐখোয় ব্রেকফাস্ট চানরগা মহৈ মহৈ পাইনরুরহুনা পূং ১ মিনিট ১৫ রোমগী মতুংদদি অহানবা পাইরুবা অয়াম্বা লোইনা হল্লক্ৰে। ঐগী কা অমত্তদা লৈমিল্লবা মরুপত্নদি হল্লকত্রি। হল্লকপা মতমদি ওইরে। মহৈ মহৈ খরা খরা মীপাইনরকই। টেলিফোন ভোহুনা মহাক কদাইজগাদা পাইরিবগে হংনরকই। পূং ২ মিনিট ৩০ রোম পাইনবা থাউদা মল্লাওখি। পূং অনিদি কাজিল্লক্রে। ও, সি, নচিংবা মহৈ মহৈ কৈদোৱবনো হায়না পাড়ীগা পাড়ীগা টেলীফোনগা টেলীফোনগা হংনরকই। ভল্লা মখোয়অনিথক থুনক্রা থমুাংনা পাইখংখিহুনা মাগী খুহুংলিবা চংখে। পূং অনিগা মিনিট তরামডা হৌজিনখে মানা হেক পাইখংখিবা মতমগী। ঐখোয় মরাম লোইনমক্ রা-আব্ ইঙাং-ঙাংনদনা ইশুক-শুকথনা লৈবৈ। উজাগর লাক্নুনা,

"সাহব, পাউ লাক্লিব্রা?" হংলকই।

"থঙত্রি" হায়বগা মথা অমুক ভানবা রা ঙাংননিংঙাই লৈতে।

মরামহুগী মতোহুদা মাস্থ চেক-মোক লাউদনা ভুমিল্লা চংখি। থংনবা কাদা টেলীফোন ক্রিং-ক্রিং খিংলকই। মহৈ মহৈ ফুক ফুক হৌরংক ভোনৈ। ঐনা খোংনাওহুদগী লামহুনা থংনবা কাদগী টেলীফোনহ্ ভাপ লৌখংহুনা ভাই। মিহুল ফিং ফিং চোংই। ঐনা ভুমিল্লা 'ঈশ্বর ইবুংঙো' হায়না শোল্লি। হায়রকনি নিংবগা হায়রকপগা চপ মাল্লৈ। টেলীফোনহ্ থমহুনা ঐনা

তপ্পা ও, সি, গী মনাক্ত চৎকদবগী থোরকই। ঐগী শকফমহ্থ উবদা ময়াম পূম্নমক ঐঙোন্দা মম্না য়েংহুনা,

"করি হায়য়কই ?" হংলকই।

ঐনা ঙক হায়হুনা কবিমক্তা থুম্নমদনা মপান্দা থোরকই। মহৈ মহৈ রা মখা তাদনা ভুমিন্না হেম্না শুকথনা লৈহৌই। মপান্দ উজাগবহ্থ এবোপ্লেন তাফম অদোমদা য়েংহুনা মথক্ত লেপ্লমই।

মথংগী অয়ুকনি। ঙসিদি কনামক্তা পাইনদে। মহৈ মহৈ লম্বীগী য়েৎ ওইদা পবেং পরেং লেপ্পুনা লুকথনা লৈরি। পূং ১০ দা অচৌবা প্লেনহ্থ বোম্বেগীদমক পাইখিগদৌরিবনি। পূং ৯ গা মিনিট ৭৫ চৎলে। অনকপা হোস্পিতালহ্থদগী ঐখোয় নিপাল চংনা ফিবাল অপাকপহুনা ইকুপ কুপথরবা কু অহ্থ পুহুনা তপ্পা তপ্পা পংথাপ থাপ্পুনা থাবিবা অচৌবা প্লেনহ্থ তম্মা লাকই। মীপুম খুদিংগী মায়থোংদা খায়নবগী শকফমহ্থ ময়েক লানা উবকই। পুন্না লৈমিন্নরম্বা, পুন্না পাইমিন্নরম্বা, অমক্তা ওইনা মুংশিননা যামিন্নখিবা থৌদাং কয়াহ্থগী শেংলবা পুকচেল অদো ঙসিদি তক তকবা ইরানা থুমহৎলক্তুনা কায়রবা থম্মোইগা লোইননা অবোয়বা ওইনা তাইবং থোঙ্গাল রাংমা লান্না মাবু থিন্দোক্লবা মুংশুরুনা লেপ্পুনা মিংলুদা ইরা শিম্হুনরি। করি উপায় লৈরি। চৎখ্রবা মাদি অমুক হন্নকদবা লৈত্রে। রা অমক্তা ঙাংনদে। মুংতিগী অয়াকপা মখোলনা নাকোং শেগায়বা মখৈ ঙংবহ্থ ঙসিদি উচেক অমক্তা ফাওবা পাইবা উদে। থম্মোইগী

ওইবা অৱাবনি, ফোংদোক্লিংঙাই অমুক লৈত্রবা। প্লেন মনুংদা মাগী কুফাং অদু নিংথীনা থমহুনা খ্বাইদগী মকোক ওইনা লৈরিবা ওফিসরদগীনা চুম্লগী ঐখোয়গী ইরক্তা থবক তৌবা মীচম ফাওবা লৈ মনা অমমমতং ওইরবসু মাগী আত্মা শান্তি-গীদমক কুফাং মথক্তুদা অমমম চংহুনা থম্লগা অরোয়বা পাউজেল ওইনা শলাম তৌরম্লগা কুমথনরকই। উজাগরনা লৈপরেংহু মাগী কুফাংগী কোকতোন ময়াদা থনম্লগা কুমথরকপদা চেম্থ-রকপা পিরাংহুনা উজাগরনা ঐখোয় ময়ামবু কদায় য়ৌনা মুংশিবগে হায়বহুগী শেংলবা খুদমনি। মথংগী মিংকুপ্তা অচৌবা প্লেনহু লৈচিন মরক্তা য়াংনা পাইখৎখে।

লেপ্তুনা লৈহৌবা ঐখোয়গী মরক্ত য়াওরিবা উজাগরহু মাগী মপুন্সিদা অসিগুম্বা থম্মোয় কায়রবা মিংকুপসে কয়ারক হল্লা থেংনররিগবা !!

---

# ৬

# “নুমিৎ খরনিগী খোংচৎ”

হোটেলহুগী শিবাহু মথ-মথং থুনা কাখংহুনা অহানবা মখোলগী তরাগুবা কাহুনা কাক ক'ং বিরুট। ডাইনদনা খোঙহু হাদোবকই। তামোনা,

“ইবুঙো লেংলাক্লদনা, লেংশিল্লকউ লেংশিল্লর্কউ” হায়না হবাও হরাও কৌশিল্লী।

“তামো” হায়হুনা কুইনা উনকুদ্রবগী মতুংদা উনবা অমুক ফংবহুনা মু ডাইবগা লোইননা নোকফেং তৌহুনা ঐনা খোঙহু কনশিন্নী। ইচেম্মনা ফমুংদা ফমহুনা লৈবহু হেক উবগা,

“ইচেম্মা, ডবাং প্লেননা ডিক্রুগড়দগী লেংলকপদি করিস্থু খোইদোকপা তৌবক্তকা?” হায়হুনা ইচেম্মাগা থুনা কৌনৈ।

"ইবুংঙো লাকপসি নু ঙাইরেব। ইমেচদি, খোইদোকপা করিম্ তৌরক্কে।" হায়রূন। ওঙ্খোক্লা নুংঙাইবা কোংদোরকই। খঙহৌদনা ইচেম্মাগী মমিংতা মপি শিন্থরকই। ঐনা য়েংবা ঙমদহনা তামোরোমদা ওনশিন্দুনা,

"তামো। ঙরাংহু তামোখোয় লেংলক্লে শ্নথনা মাইমনা ঐঙোন্দা টৈলীক্কোন তৌরকই। ঙরাংদি কয়া খুদোংচাররোই ওসি অমুক ঙস্তা লাক্লগে হায়জখিবনি ঐনা।" হায়রূনা থা থুনা হৌদোকই।

"ঐখোয়সু ঙসাইমখে ইবুংঙো লাকপা ঙাইরম্লিবনিনে। নচেম্মাগী পোংচৈ খর-সু লৈনিংমাল্লে।"

"হৌজিক ঙহাক্তং লেংখোকউসি হায়রা?" ঐনা হঙই।

তামোনা ইচেম্মদা ওনশিন্দুনা, "ইবুংঙোগা লোইননা ঙহাক চংখোকউরসিনন।" হায়রকই।

ইচেম্মনা, "ফৈনে কৈদেগে।" হায়রনা খুমই।

"অদুদি নমিং-নমায় তাখোকউরো ঐখোয়গাদি লোইদুনা লৈরে, ফুরিং অনত্ত, মথক্তা, হেক লিংশিল্লগা লাইরে।" তামোনা মখা তাথরকই।

ইচেম্মনা মমায়-মমিং তাবা চংখিদ্রৈদ্ধ তামোনা ঐংঙান্দা য়াম্না তপ্না হায়রকই'

"ইবুংঙো ইয়াম্বা জ্ঞান তাদ্রে। নচেম্মগী ফিভমসি খরূবদা তুম্বা চাবা অমত্তা চংখিদ্রে। ডিব্রুগড়গা হোংনবা য়াবা মথে হোংনরক্লবনি অদুদা নচেম্মনা ওখাংবগন তেংবনি কিবদগী অসি

তাম্না হেক্তা খুদক্তা পাইরক্লবনি। ডিব্রুগড়গী ডাক্তরশিংহুনস্ু ওপ্পোক্ল মথল্লাই য়াওনা হোৎনবিবকখে। অদুগী মথক্তা মরুমদুদা লৈবিবা মৈতৈমচাশিংহুনস্ু ওপ্পোক্ল মুংশিনা কল্ল তেংবাংবিরকখে। মহাক্কী মরমদা মখোয় ডিব্রুগরগী ডাক্তরশিংনা খংবমখৈ নীংথীজনা ইহুনা পিরকই। ইয়াম্ব হোরেন উৎকে। ঐখোয়গী হায়বরু য়ারিমখৈ· ·· ··· ” ইচেম্মা চংলকপনা হান্দুনা তামোম্ব রা মখা তাদনা ঐহোন্দা মিৎ হায়খেৎ কুপ্পলগা,

“লাকও, লাকও, মুংশা হায়গৎলক্তি ঙৈদা ঙহাক থুনা চৎথোকউরসি।” হায়না ইচেম্মদা হায়।

“লোইরগে লোইরগে, করিবু শেৎকদবনো—মুমিৎ খরনিগী খোংহৎনি হায়দুনা ফিরোলস্ু ইপু-পুবক্কে।”

“ইমায়পেম্মা ল.ফৈদবু কমনখে, কুইনস্ু লৈরোইদোবদা।” হায়না তাম্মোনা খুমই।

ফিরোল শেৎপা লোইহুনা মখা কুমথহুনা তেম্মী অমা ফাহুনা অনকপা কৈথেল অমদা কুমথরে। ইচেম্মগী ফুরিং-ফিরোল খরা লৈরগা, হয়েংবাই চৎলমদাইদা নিংথীনা অমুক পোৎ-চৈ লৈরসি হায়দুনা তম্না হোটেলহুদা হল্লক্লে।

হোটেলগী কাহুদা পোখা-পোথামা ইচেম্মনা হৌদোরকই,

“ইকুংভো, ইচেমগী হকচাংসিদা তীক তীক হেক লাউর-বদিনে লম-তু ক্লেংহুনা কোইচৎ-চৎপদু কয়াদা ক্লুংঙাইগবনো”

“হোয়নে ইচেম্মা, ক্লেংবা য়াবা মরুমশিংসিদি ইচেম্মবুস্ু ক্লেংহল্লিংইদা।”

"হৃয়েং লায়েংবা লোইহ্না ইম্ফাল থোক্লমদাইহ্না পুবি, নবদ্বীপনচিংবস্থ লোইনা কোইরমগদৌরিবনিদা।" তামোনা ইচেম্মগী মথক্লাই মুংঙাইনবা হায়রকই।

ঙহাক কমহ্না ঋারী ঋাতায় তৌরবা মতুংদা তামোনা,

"ইবুংঙোস্থ অমুক থাপ্না হুনখিগদৌবনিনা থেংখ্নি, ইয়াম্ন মথা কাওবা থিনদোক্কে অহ্না নচেম্মগী লাইয়োংসি মুল্লা খঙবা অকাওবা ডাক্তরহ্ন্ম অমুক্কং টেলীফোনদা কৈদৌঙে উনবা ঋাগদগে হায়বহ্ন্ম অমুক্তা হংদোকপিরমউ।" হায়না ঐঙোন্দা ইঙ্গিৎ তৌরকই।

"ইচেম্মা, ডাক্তরহ্না টেলীফোন অমুক্তা তৌজরুখিগে।" হায়হ্না ঐনা চৌকিদগী হৌগৎলি।

"ইবুংঙো খরা নিংখীনা ঙাংনবিয়ু।" হায়না ইচেম্মনা হায়রকই।

"ইচেম্মা।"

তামো ইবানি টেলীফোন ময়াদা ঋারী ঙহাক তৌনৈ। তামোনা হায়রকই,

"ইবুংঙো, নচেম্মগী লাইয়োংসি কয়িনো হায়বহ্ন ঙসি কাওবদা নচেম্মদা চপচাবা হায়দোক্তিবনি, চুম্মগী মুপীগী ঈগী লায়নানি হায়হ্না কৌয়িবনি। ভিক্রগরগী ডাক্তরশিংহ্না মসি ঐঙোন্দা লোয়া হায়রকই। মুমিৎতুদগী ইয়াম্বগা নচেম্মগা লোইনরকইবনে ওয়োকপা মওং অমদা লোইনরকইবনি। নচেম্মদি কয়িমত্তা খঙজবা নত্তে। মসিদা হিদাক-লাংথক খরা

ভৌরগা মরাইনা ফজগনি হায়রুনা মাদি লৈরিবনি। ঐস্মু মাগী মথৱাই মুংঙাইখিরেঃইদ্রা খন্দুনা পুরি গী লাৎরুবা ময়ামসে ওস্থোক্ল ৱানা থাংহুনা লৈরে। ইয়াম্বনা নিংঙমহৌদবস্মু খরা লৈরে। নচেম্মনা ঙম্লকুবসি থা তরুক তরেং শুরক্লবনি। মৈতৈগী অখণ্ড-অহৈ কয়ানা পূজা-লাংজা তৌহুনা মাইব-মাইবী মমিং চৎলবা কয়াদা পৈশা কয়া থাহুনা হোৎনরক্লবা মতুংদা ডাক্তর অহৈবা অমা অনি লৈরিবা অহুগীস্মু মরা তাসি হায়হুনা য়েংহল্লুরে। অহুদা মহোয় মশেলমক্তা লৌ য়েংনহুনা লৈরিঙৈদা অনাবসি অসি য়ৌরে হায়বসি ঐখোয়দা শুকহায় হায়বিদবনিনে। নচেম্মদি নোংমা নোংমগী অস্মুম মশা অসে শোকচিল্লকুনা থা অমা-অনিদি হৌগৎ-কাংখৎ ঙমদনা লৈক্লরবনি। অহুদগী কান্নররোই খন্দুনা ডিক্রুগরদরা অসিদরা পুহুনা য়েংহল্লুরগে হায়না চপ মুংনা নিংলকুনা পাঞ্জী য়েংহল্লুবদা, মাইকৈ ফত্তে যাত্রা য়াদে হায়হুনা থা অমারোমস্ অমুক পস্থহুনা লৈক্লরে। অহুদগী নচেম্মসি খরা খরা অমুক কনখৎলকুনা চংখোক চৎশিন অমুক ঙম্লক্লে। হন্দক্তি পাঞ্জী য়েংউদনা কান্নপোং নত্তে, নচেম্মনা মশা খরা কনবা মতা 'সদা চৎলহৈবনা ফরা তারে খন্দুনা ফুক হেক্তা হৌগৎহুনা লাক্লবনি। ডিক্রুগরদা হৌরহুনা পেনফাত্রহুনা মসিদা নিংথৌনা ফনবা য়েংহৌরসি লাক্লিঙৈদা হায়হুনা প্লেন টিকেট হেক্তা কক্তুনা পাইরক্লবনি। অহুনা ইম্ফাল থাদোকত্রিঙৈ মমাং অা-দগী হৌনা ইয়াম্বগী কোকয়ে শাহুনতা লাক্লবনি। নচেম্মস্মু ঐগী ইভৌসিং ট্রিরগা তুমিন তুমিন কপ্পুনতা লৈরে।

ম' মথণ্ব্রাই নুংঙাইখিবোই হায়হুনা ইম্নাম্নদি ইব্নু-নাশিন্নদবা শাহুনা লৈরিবনি। খঙদেদা ঈয়ামগা নচেম্মগগী লাইরকসে নুংঙাইয়ু কৌবদা তম্নক্ত মাল্লে।"

ঐনা হায়ফম খঙদনা তুমিন্না তায়। তাঙ্গাহুদা টেলীফোনহু অতোপ্পা মী অমনা ব্বারী তৌরম্বদগী লোইহুনা থম্লম্মী।

"তামো টেলীফোনদা অমুক্তা হংদোকচখিগে।" হায়হুনা তামোগী ব্বারীহু লমথাংদা থৎলি।

লাইনা কৌগুমনা ডাক্তরহুনা হৌজিক নুমিদাংব্রাইরম লাকপা ঙমগত্রা হায়বকপদগী থুনা তেম্নী অমা ফাহুনা পরপ পরপ মাগী ময়ুম তান্না চংত্তুনা উনকরে। য়াম্না পূকচেল চাওবা মীওই অম' ওইনা তৌবদনা য়াম্না হরাও হরাও তৌরকই। মানা চাওরাক্ল য়েংবা য়াবা হায়ফেং য়েংহুনা চুম্না ব্বারী ব্রাতাই খরা শাহুনা ঙহাক ফম্নবা মতুংদা হয়েং অমুক মাগী ওফিসতা উনসি হায়হুনা ইচেম্মগী চে-নুং খরহুদগী মানা খরা শিন্দোক-হৌরগা ঐখোয়স্ত হল্লক্লে।

মথংগী নুমিংতা ঐনা নুমিদাংব্রাইরম তামোগী হোটেলগী কাদা চংলুবরা ইচেম্মা লৈবমদে, তামোদি ফম্বংননা ফমহুনা লৈরমই। ঐ হেক উবদা.

"ইবুংঙো কান্নদ্রে, অশা লৈত্রে।" হায়হুনা তামোনা হিক-হিক কপ্নকই নুংঙাইতবা, নিংঙমদবা অমদি অব্বারব্না ফুনগৎখিহুনা ব্রা মখা ভাবা ঙমদনা তামোহু মমায় থুমহুন্না

কপ্লুনা লৈখে। ঐগী থম্মোইদা ওম্মোক্পা হায়ওমদবা অমা পোক্তুনা চঙরুহনা লেপ্লুনা লৈ। ঐনা তপ্পা,

"তামো, ডাক্তরনা করি হায়রবগে?" ওহাক অমুক ওায়রগা, "ইচেম্মদি হোসপিতালদা লৈথ্রবরা?"

তামোহ্ন ওহাক তুমিন্না কপ্পহ্ন ফাথহ্ননা লৈরুরগা পি তৈথোক তৈথোক্ল হায়রকই,

"ইথুংঙো, ডাক্তরহ্ননা নচেম্মাবু য়েংলবা মতুংদা ঐবু ইতোমতা কৌথোক্তুনা—'হৌজিক্তি লাইয়েংবগী মতম হেনখ্রে, করিগুম্বা ঐগী ইচে-ইচন ওইরম্লবদি মঙোন্দা হৌজিক লাই-য়েংহ্ননা হিদাক কাপ্লুনা মতম মাংহনবগী মহুৎতা মাগী লুংঙাইনবা ঐনা ওমজবা মখৈ হোৎনরগনি। ঐগী ইরাইবক থিবনি মহ্নদি ঐনা মাবু অসিগুম্বা মতমদা লাইয়েংনবা ফংবসে। ঐগী পাজলগী রাংমদা লৈখ্রে। অহ্নগা মহোয়না ডিক্রুগরদগী ইরুকপহ্নগা ঐগী মত-কস্থ খেন্নবা লৈতে। ঐনা মসে নঙোন্দা হেক্তা হায়দোকই হায়দনা ঐধু রারৌবস্থ তৌগন্থ। ঐবু, কংবা, ডাক্তর অমগী হায়কম থোক্তুনা হায়রিবনি খন্দুনা রারৌরোই কিংই। ঐস্থ ওম্মোক্ল লুংঙাইখিব্রে, অহ্নবু করিস্থ ইতৌ-তৌদবদৌনা লৌরিবী মাগী মতমদি লুমিৎ মশীং করুবনি হায়বসিনা ঐগী মতনি। অহ্নগা অতৈ ডাক্তরগী মতস্থ ঐগী মতসিগা কয়া থৈদোকনি কিদে। অহ্নবু অরোয়বা উপায় ওইনা ঐনা মাবু মতম থরা হোসপিতালদা থমহ্ননা অথম্নবা হিদাক অমত্তং কাপহ্ননা য়েংখিগে। মসিমা কবা ওমগনি হায়বদি নত্তে, অহ্নবু

মাগী অকক্লবা মুমিং মশিংদু মতম খরদং শাংদোক্লবা উপায অমা লৈবিত্রা হাযবা য়েংনবনি। অদুনা ঙসিদগী মুমিং ওংানিগী মতুংদা নংগা ঐগা অমুক উনখিসি।' হাযনা হায়্রকপত্রদা ইয়াম্নদি ঙাওদুনা চংলগাদবু নিংলুবে। অদুবু নচেম্মগী মমাংদুদা মুংঙাইত্তবা মচেং অমগুা উংনিংদবদগী ঐগী লৈজবা পাঙ্গল মখৈ খোমজিন্দুনা নচেম্মবু মাগী লৈকমদু তাম্না থিনবিদুনা মুমিং তরানিরোমদং লাইযেলগা মরাইনা ফজনি হায়না ডাক্তরনা হায়রকই হায়দুনা থনয়্নগা মনাক্তা কুইনা ফম্বা ঙম্লক্তদুনা হোটেলসি তাম্না হেক্তা লাক্লবনি। নচেম্মদদি মাগী হৈরা খরা লৈরুগে অদুগা থবক অতৈ অতৈ খরসু তৌরুগে হায়শিন্নম্লগা লাক্লিবনি। ইবুংঙো, ইয়াম্বগী ইরাইবকসি ওন্থোকপনি। ইয়াম্বনা মসিদগী হনখ্রগা লৈরুগদবসি খনবদা মমই। নচেম্মগী মফমদা মিনমদুনা মসিগী মরমদা শুকহায় হায়দোক্লনা লৈমিন্নগদবসি অদ্রাবনি। মাগী ঐগী নিংবা থু দ্রিবা রাখল কয়া হৌজিক্ত পোমখংলকপসু য়াওবি। ইচা অমত্তং ইবানিগী মিংসীনা উজগে হায়বসু ঈশ্বরনা পিনবিদ্রে। মসিগী মথক্তা অমুক নচেম্মগী মতম কক্লবা মপুন্সিগী মুমিং মশিং থিদুনা মাগী মুংঙাইনবা পুন্সিসিমগী মঙোন্দা ওইদবা খ্বাহৈ কয়া হায়দুনা লেনবদা তারি। অদুগী মথক্তা নচেম্মনা ঐগী ইমাং থাদুনা শিজ্বগে হায়না মুংতিগী হায়খ্রবনিদো। ইবুংঙোদা ইকায়-হঙ্গোয়দনা হায়রবদা, নচেম্মা ইবানিগী লুহোং-ত্রিঙৈদগী মতম কুইনা মুংশিনবক্লনা হৌজিক ফাওবা লৈনরিবা মরীসে মসিনা, নচেম্মনা শিখ্রবা মতুংদা ফাওবা হজ্জিন হজ্জিন

ঐবু থাম্বী নৈচারহনগদৌরিবনি। কৈদৌনি হৌজিক ইয়াম্বগী চাবা রাংতনবা ফাওবা ললথুম থরা লৈজে হায়দনা—ইচা লৈতে, নুপী হায়রা মাগী মতম কক্লবনি—করিনো ঐনা য়ুমদা হল্লিনখিবদা নুংঙাইগদবসে। অহল-লম্বনসু লৈবা নত্রে।" অসুম্বা তাংমোগী মচোয়-মচোয়নরবা রাথম্বশিংছু মতং মতং ওইবা রাহৈশিংনা ফোংদোরকই।

ঐনা খুঙ্কম খঙদনা তুমিন্না তাহনা লৈ।

"ইবুংঙো ইয়াম্ব নচেম্ববু পুহনা লম-তু য়েংবহু চংলরোইদা। মহনা ঐঙোন্দা থাহুঙচবা অরাবা অমা ওইগদৌরি—মমী শাম্বরী মাগা লোইনহনা চংপহনি থাইদগী লুনা থোক্কদৌরিবা। অহুগী মথক্তা হয়েংমুক মামক লোইনত্রবসু মাগী অতিহ পুহনা মকমশিংহু চংপদি শোয়দ্রবনি হায়বা। ইয়াম্বনা থনবদা, ফম্বনবন লৈত্রবনিনা অসিদা অসুম মতম মাংহনবগী মহৎতা তুমিং তন্নানি ওন্না চিকেত কক্লগা হেক্তা হনখিবনা ফগত্রা থরে। মাহুমুত্রদি মথরাই থরা চাওনা মাগী মমা-মপাগা উনহনা থরা লৈজরম্লগা শিঙ্খিবনা কৈদা। নত্তে, অসিদা হেক লৈখিরবা। থোক্লবদি ইয়াম্বনা মাবু মতম চানা লায়েংবা পুরকহৌদবগী নিংঙমদবা অসিগী মথক্তা মাবু শিরমদাইদা মাগী মরী-মমা উনহন্দনা শিহনখিবদা তারবদি ইয়াম্ববু ওম্বোক থম্মোয় কারবা তারে। ইবুংঙো হয়েংসিমক নচেম্ববু হোসপিতালদগী লৌখোক্নুম রাখিবমৈথ থুনা ইম্ফাল থোক্লবা তৌবনা ফংলোইজরে?

তামোনা লাংতক্লবা অমদি নিংঙমদবনা থাঙবা ওয়্রক্তুনা থুনা তকশিল্লকই।

"তামো, হয়েং ডাক্তরশিংগা উনরগা ম্বা ভাংনরগা লেপ্পবনা করোইদ্রা মসিবো।" হায়না ঐনা খুমই।

"হোয়নে ইবুংঙো, অদু ইবুংঙোস্ন হয়েং ওস্তা লেংলক্না টিকেত-মুংকেতনচিংবা অমদি নচেম্মগী মথব্রাই মুংঙাইনবা ম্বা থরা হায়-খোৎতনা তৌবিররোনে।"

"কনি তামো।"

মুমিৎ নিনীগী মতুংদা তামোগা ইচেম্মগতু প্লেন তাকম কাওবা থিন্দোক্লুই।

ইচেম্মনা, "ইবুংঙো ইচেমবু পুরি, নবদ্বীপনচিংবতু পুবি-জ্রেদনা!" হায়রকই।

ঐনা খুক্কম খঙত্রিভেদা তামোনা, "হিদাক কাপখিবতুনা, ডাক্তরনা, হৌজিক লগী শাংনা ব্রানা চৎপা কত্রি হায়রকপতুদি; হয়েং থরা করক্লগা চৎলগা লোইরেদনা।" হায়না খুম্নকই।

ঐনা, "ইচেম্মা, হকচাং কল্লগা চামরক কোইরকখিগনিদা। হয়েং ইম্ফাল থোরক্লগা ইচেম্মনা খোংবা ইম্মথাগী মৈতে ইল্লাং অহাওবা চারখিদৌনিকো।" হায়না ইচেম্মদা ওনশিন্দুনা হায়ক্লই।

"ইম্ফাল থোরক্লগা ইচেমগীদা চংলক্তবদি কৌনজ্রেকো…
………" হায়না ইচেম্মনা নোক্লদনা হায়রকই।

তামোনা, "ইয়াম্ব ইম্ফালদগী তত্তনা চিঠি ইরক্তে, ইবুংঙোগী পাউম্ন ঐখোয়দা তত্তনা পিবিরকউ।"

অসুম্মা হায়নরিঙৈদা প্লেন থাবা মতম ওইরে। হায়না লাউখোরক্তুনা তামোংগা ইচেম্চম্ পুং প্লেন তম্না বেগ মচাগা পোৎয়োম মচাহুগা য়ান্দুনা চংখিবত্তু ঐনা লেপ্পুনা হেংহোই। তামোনা হোটেলদা হায়খিবা,

"মথংগী খোংচৎতি মাদি তম্বওমদ্রপোংনি" হায়বত্তু খঙনি, নিংশিঙলকই। তামোনা ইম্ফালদা লেল্লুপদবা মতমসে খল্লুবদা, ইচেম্মগা অমুক উমন ফংলবদি থুংঙাইখ্রুনিদা হায়না নিংজুনা লৈহোই।

---

# ৭

## "অহানবা চহি খরা"

মীপুম খুদিংমক মাগী মাগী মপুন্সিগী অহানবা চহি খরদি নিংশিঙকম খঙদনা শিখিবা ঙাক্তনি। কনামত্তস্থ হায়বা ঙমদে মতুগী অখন্নবা চহি খবত্তুগী মতমত্তুদা নরা ওইরিবশিংনা খল্লিবত্তু কবিনো হায়বা। অস্থন্না হায়নৈ মতমত্তুদদি মখোয়সে পিথ্রাই-খোদাইবীনা হেক হেক লরুহুনা অমুক হেক কপহল্লি অমুক হেক নোকহল্লি। অত্তুবু নহোম্ব ঐখোইস্থ মহোয়গুম্না অঙাং পিশক ওইবকপা ঙাক্তনি। ঙসি নংবু মতমত্তুগী করিগুম্বা রাখল অমগী লংলা-লংজিল অমত্তং থিবা ঙম্লিব্রা? নংগী নিংশিঙবগী পাঙ্গল অত্তুনা লানশিনবা ঙমদবা শরুক খরা নংগী পুন্সিত্তুদা হৌখ্রবনি। নংগী মতমত্তুগী খ্বাইদগী হেন্না নরুনা

লৈমিন্নরিবা অপোকপী পালেমনা ফাওবা মসিগী ৱাবী-ৱাখোং মুন্না লিবা ঙমগনি হায়দে। 'কবি খল্লিগবা মতমদুদা' হায়বসিদি এখোয় লোইনমক্কী থম্মোইদা মংলন চুম্না নিংকোক নিংকোক তৌতুনা লৈরগদবনি। অদুবু ঐগী ইনানা মতমদুগী ঐগী ইথং-ইতোগী মরমদা, জ্ঞান তাবা মতমদা ঐহোন্দা করিগুম্বা কান্দা ৱাবী তৌবদা, তাবদা নোঙ্গিংদা ইকাযবস্থু খবা খরা য়াওই। অদুবু ঐনা নিংশিংবা চঙ্গলদা সেন্দোক ঙাক্ত ওইনা তৌই। অদুনা পুন্সিগী অহানবা লমদা হৌরকপদি হাংদোকপম খংদনা মরোল লৌফম খংদবা নতে মীওইবগী নিংশিংবগী ৱাংমদা অম্মুম লৈরগনি।

অদুবু ঐনা এগী মহৈ চহি খবগী মরমদা কবিমওা নিংশিঙফম খঙদ্রবস্থু ঐগী ইথাগী অহানবা চহি খবগী মরমদা ইতুনা তাইবং ইদ। চংদ্রিকা লক্তম অদুগা অবোনবা শকলোন ময়ামদু মপা ওইবগী মিংসেলদা করম্না উবাগে হায়বদু মানা হয়েং লাইবিক পাবা এমদগ পাঙনদা, অম্না থবিরি—

ঐনা নংবু ইহ নহাক উবনা নহাক শুপ্পগা পুমিং মডানিদা মডাইবি। পিশক পিক্লদনা খিনা য়োমশিন্দুনা নমায়দুদা ফাওোক্তুনা নমাগী নাকন্দ হিন্দুনা নগী নাদা মচা অনিহু উইশিন্দুনা তুন্নম্মা। অদুনা নংনদি ঐগী অহানবা নিংকুপ্তুদা উখিদে। নংগী কবম্বা মংলানদা উইশিন্দিবা নিংদো, ইপানা হায়বা ঙমদে। নংগী নমংহুনা এ লাফেনগী পুন্সিবে হায়না মংলম্বস্থু য়াই হায়করবদি অতাবনা নোকপনশিনি। অদুবু নহোয়স্থু নংসে তুম্বদা মংগকা

মংলম্রা মংদ্রিবরা হায়বা চান্নবা খঙবা নত্তে। অঙাং-পিশক পোক্তভাইরিবনবু হাযদনা মী অয়াম্বনা খন্নবা ডাক্তনি। অদুনা নংসে জ্ঞান তাদ্রিবনি হায়না লৌবৈ। ন পোকপগী পাউদি নংগী অবোকইবেম্মনা টেলীগ্রাম তৌবকই। ন পাক্কবা মতুং তুমিৎ নিনীগী মতুংদা ফংই। লুংভাইবা পাউনি -- ঐগীদা নত্তনা, ঐগা থবক লৈমিন্নবিবা মকপ-মপাশিং লোইনমকস্তু পাউদু তাবদা ঐঙোন্দা লুংভাইবা ফোংদোবকখি। নুপা অমা পোক্কে হায়দুনা অমুক্কা হেন্না লুংভাইবা অমা ওইনখি। নুপা পোকপ নুপী পোকদ্রা হায়না নমানা নং মিবোল্লিহৈদা পঙ্গনদুনা লৈবক্কুবস্তু নুপা পোকহল্লিংবা অমস্তু পোক্কনি হায়না খাজবদুদি তোক্কে। নং পোকপগী লুংভাইবা ফোংদোকপা ওইনা মকপ মপাংশিংদু কৌদুনা চানিন-থকনিন্নখি।

থবক্কা য়াদনা নং পোকপা কান্দা লইমদা লৈরবস্তু ন পোকপগা নুমিৎতা নুমিদাংগী মতম নংসে শং-শং উবমই। নংগী নশকপিনা করিবরা পেন্নরা লৈরবদ মতুদা নংবু যোম্নিব, দিদু হায়দোক্তনা নুপানা নুপীবা হায়না যাম্না লাতক্লনা য়েংলমই। নুপ ওইবমদুদা ঐনা মতুদা লুংভাইখিবা অমম্তুং খর চনি হানা তেন্নখিবদু মীজিকস্তু নিংশিংলি। করিগুম্বা কান্দা মসিন্তু মংফাওনবকই, ঐনা নমাদা মসে য়াবী তৌখি। অদুবু নহাক ত রমগদ নতগা হায়রিবসি ন গী মনাদনি হায়বদু নংনা খঙলিগদ্রা খঙলিবেইদ্রা হায়বদুদি খঙদে অমুকস্তু অঙাংপিশক্কবু করি খঙগবনো হাযবসিনি।

মথংগী মুমিৎতু নংগী ষষ্ঠী পূজানি। নং নিংশিঙলমগদা নিংশিঙলম্মোইদা খঙদে। মুমিংতুদা মীয়ামতুগী মিৎয়েংকমসি নঙোন্দনি। মোম্পাক অঙাংবা মচা মথক্তুদা নংনা লোংনা হিপ্তুনা মীয়াম লাকপত্থ করিমত্তা থৌশাদনা নংনা খনগদবা অমা খন্দুনা লৈরি। নংগী নখুং মচা অনিত্থদা পুতলী কিবত্থদা নংগী নখুংতু খরা কন্না পাইবদা হেক তেকখিগদৌবদোনা নৌই। মত্থনা ইপানা নংবু ইহান হান্না খুৎসিনা পাইবনি। নহাক ফাওরিগত্রা ফাওরিবোইদা খঙদে। মথংগী মিৎকুপ্তা নহাকসে মরী-মতা, মরুপ-মপাং, অহল-লম্মন ময়াম্ন মথং মথং চংলক্তুনা দানগা লোইননা বর কয়াস্থ পিরমই। পৈশানা চনম্বত্থ নহাক খঙত্রা? নত্রগা পিরম্বা বর ময়ামত্থ তাহৌত্রা? মুমিৎতুদা লাক্লিবা মীয়ামত্থ উহৌত্রা? নংগী মুমিৎনি অত্থবু তৌরিবা ইরাং ময়ামত্থ থৌশাদনা নংগী তোপ-তোপ্পা সংসার অমদা লুপ্তুনা লৈবত্তুম্বা ইপানা উই। করি খল্লুই? হেক পোক্লকপদগী হোনা নহাকসে হেক হেক কপই। করি খন্দুনা কপ্লিবনো? নমাগী খোম্লাং থকপদি অমুক তম্বিবা চংদে। নোংমা নোংমগী নংসে ইমুংদা মপা-মনিল নাইরকই। অয়াম্বা মতমদা তুমত্থনতা লৈ। অত্থবু নংগী নমিং মচা অনিত্থদি পাংবদি ঙম্লক্লে। কয়া নিংথীনা উদবদোনা তৌরি। নংসে নিংথীনা ইরু-মাইথজবীত্থনা ফি অমোনবা অরুম্বনা য়োমত্থনা থমই। ঐখোয়না হেক ঙমজবা মখৈ হোৎনত্থনা নং অসে তাইবংপাল অসিগী ইরাংদা চিংশিল্লকুবা হোৎনরকই। নংনা মত্থদা কপ্পস্থ কোক্লায়নি। নংগী মুংঙাইরবা

ৱাখলগুদগী চিংশোচকুনা ভাইবং মীওইবগী পুন্সিগী লম্বাংবা লম্বীসিদা চৎলহন্নবা হোৎনবদুদা নথরাই মুংভাইতব্রা করিনো খঙদে। নোংমা নোংমগী নংগী অথাকনবদু মরাই চাইথরকুনা ঐখোয়ময়ামগী ইরক্তা তিল্লকপা হৌরে। থুনা নমাগী তম্পাক্তী মুংভাইবদু খঙলক্লে। খোম লাম্নগা কপ্পা হৌরক্লে। য়ুমশেংবা মুমিৎতা নংগী খুজিন-খুয়া অমদি শন্নাং খরা কক্কুনা শেংনা ইরুথোক্কুনা লাইতিন খুরুমদুনা নংসে নংগী অতোপ্পা মুংভাইরবা সংসার অদু পুমথা-থাদোক্কুনা ভাইবংপালসিদা খোংদারক্লে। নংদি নংগী মুংভাইরবা ৱাখলদুদা লুপ্পুনা লৈনিংই। অমরোমদা ঐখোয়না নংবু ঐখোয়গী ইরক্তা পুরক্লিংই। অকনবা লালনি, মতম চংনা শোক্নরিবা; অদুবু নোংমা নোংমগী নংগী খুবম চেৎলক্কদুনা নৱা ওইবগী মুংভাইরবা নাওশুম অদুদগী খরা খরা থাপতোরক্লে। নংগী নমিৎ মচা অনিদুনা লেংই-পাল্লিবসি ভাম্নদুনা য়েংবা হৌরক্লে। মখোল খরদং হৌবা তাবদা খংবা হৌরক্লে। অদুবু পুম্নমকসি নহাক নিংশিঙবা ঙম্নিগনা হায়বদি কয়া থাজদে। করিগীনো? নংগী হান্নগী মুংভাইরবা ৱাখলদুগী মমিদু নিংথীনা কোকপা ঙমদদুনা ওইরম্বা ভাই নিংই। নং নোংমা নোংমগী চাওবা হেল্লক্লে। নখোং-নখুংসি কাওখিবসিনা অঙকপনি। পূল্সি লমজেলসে থুনা য়াংনা হেক্তা য়ৌনিংবগী মতৌনি। নংগী নশকসে খজিক খজিক হোংলক্লে। অঙাং ওইবগী মুংশিবা পূম্নমক তিল্লবা শককমনি। নংসে ময়াম পুম্নমক্তী থম্মোইদা ঙাম্মোইবা হৌরক্লে। অদুবু মসিদি হৌরকপদা ঙাইরিবনি।

থা অনি কাপ্লিভৈদা নহাক এরোপ্লেন তোংহুনা লৈমায়দগী য়াংনা পাইহুনা লৈচিন মরক্তা ঐখোয়গা লোইননা লংকৈদা পাইবক্রে। নং নিংশিঙবা ঙম্লিব্রা ? নংগী য়াথলহুগী অয়াংবদু য়েৌনা পাইবদি ঙম্নদবা য়াই অহুবু মতৌ অমুখা নংবু ঐখোয়গী ইরক্তা তপ্পা তপ্পা পুরক্কবা মতৌনি। নঙোন্দদি কয়িনু খোঙাদব-দৌনা তৌরি—সহর অচৌবগী ইরাংদু য়েংলুবগী কায়দে হায়বগী মঙনি। নংনা ঙমখিবা য়াদে হায়বগী মতাঙৈ শায়পোৎ মখল মখল কয়া পিশিন্দুনা নংবু নংগী তোঙানবা য়াখলহুদগী পুরক্কবা হোৎনরি। থুনা নংসে ঐখোয়না লক্করগা নোকপগকা হৈরক্রে। তাব তানা নোকখিবা জাৎলা নত্রগা তৌবা শারিসে হায়বগী মঙংদরা ? নং নোংমা নোংমগা অমুক চাওরক্রে হায়বসি খঙবা ঙমই। নংসে লোংনা হিপ্পা য়ারক্‌না উপ্পা তম্লক্রে। উপ্পা ঙম্নবা নংনা কয়া কয়া হোৎনখিবহুদি কুম্মনি। উপ্পা ঙমহুনা হেক্তা কপই। উপ্পা ঙম্লে হায়নরিভৈদা খণ শাবা হেক্তা হৌরকই। নংসে নোংমা নোংমগী কুম্মৈ অমুম পুবা হেনগংলকই। নত্তোমতা কমুংদা ঙহাক্তং হেক খায়খদা কাংখোন্দগী বুপ বুপ হেক্তা তাবিনি। মহুদা নাহুনা নংনা য়াম্হুনা কপ্পহুদি। নংবু নিংশিঙলিব্রনে ? থা মতা শুরবা মতুংদদি শুমিৎ অকবা অমা লেংহুনা নহাকসে চঙখিরে। কাকাইথোগা অবোকইবেম্মগনা ইক্লালদগী থারকপা খুজুপও-করিও সনা লুপা শিহুনা কৈজোম মচা শেংতুনা কোইরেংকা য়েংতুনা ক্ষীর ইহান হায়া চাবহুব্ হাওব্রনে ? ওংম্বাক্ত হাওনা ননা নচিনবান্দুদি লেকশিনখে। অহুনা হুমিৎ-

তুদগী হৌনা নমাগী খোম্লাংদগী হেন্দোক্লুনা নংথু তাইবং চিঙ্লাক পিজবা তম্বিরবনি। অদুবু তম্বিবগী অরোইবদি লৈবা নত্তে। নংগী নমিংসিসু মুমিৎতুদা খোনখিবনি। ভাইখো, নংবু চঙুমখ্রিভৈদা সিনেমা য়েংখিবদু করি ফিল্মনো নিংশিঙলিব্রা? হৌজিক্তি মীশক খঙবস্ ঙম্লক্লে। নথন্তু হেক হুপ্লেক্লম্বদা হেক্তা কপই। নহাকসে ঐখোয়গী ইরক্তা তিন্দুনা লৈনিংবা হৌরক্লে। নিংঙাই মচা মচা তৌবকাস্ হৈরক্লে। পোৎ-চৈসে মুম্না মুম্না মশক খঙনবা য়েংখিবসিনা। ঐনা খল্লি, মতৌ অসুম্না নোংমা নোংমগী নংগী মুংঙাইরবা অতোপ্পা সংসারদু পুমকাও-কাও-খোক্লুনা তাইবং ইরাংদা লুপ্লক্কদৌরিবা ওইরে হায়না। কম্মাদা হৈনা নং ঐবু পুন্সিসিনা শুমহৎখ্রবা অহানবা চহি খরসিদা।

# ৮

## "য়েন্দেম কাংশোয়"

ঐনা ক্লাস সিক্সকী চহি পরীক্ষা থাবা লোইববা মতুং নোংমা-নিনী লৈরগা কাকানা ঐখোয় ময়াম লৌবা লাক্লে।

ঐখোয়গী অহানবা লংকৈ চৎপনি। কাকাগীদি লংকৈদদা লৈরকপগী লৈরকপা হামু হামুনি। এম, এস, টি দগী ষ্টেশন ৱেগন অমা ৱায়দুনা ড্রাইববদুগা লোইননা অয়ুক ভাস্তাদুদা ঐখোয় ইম্ফাল থাদোরক্লে।

লংকৈ চৎপগী হৌনবা বেডিং-সুংদিং ট্রঙ্ক-সুং লোইনা পুন্না চৎলি। অৱাং-লোমদা কোইরেঙ্গৈ য়ৌনা অমুক্তা চত্রিবা ঐখোয়দদি সুদংঙাইবনা করি হংউনি। পিক্লিঙৈদা ইতৎ-তত্তনা তাখি, চীংলোন মাপন্না কোয়শিনবা মনিপুরনি হায়না। ইম্ফালগী ঐখোয়গী ভুমাংদগী লেপ্তুনা য়েংখিবদা উখিব্রা চীংশাং পরেংশিংসিগী

রাংমদা করি লৈখিবা হায়বসে অঙাং ওইরিবৈদা ওন্থোক্লা য়েংনিঙলমই। শুমিংতুদা ঐগী কুইনা নিংজররুবা অনিংবা অমা থুংলগনি থনবদা পূক্নি সে মপুন-মরাং হৌবকই। ঐখোয় লোইন-মক ইপুং-মুংঙাইন, লোক-খেতুনা চংলি।

খঙহৌদে ডিমাপুর লম্বীগী থেকোই-থেকোই তৌবতু হৌরকপা। মথাদা লুবদা লোকচপ, মথক্তা ঙমখ্রবা চীংমায়, অথাপ্পদা শংবানববা চা লোন কয়ানা মিৎয়েং রাংমা লান্না শন্দোকখ্রি। পূম্নমক ঐগী মিংসিদদি অমুক্তা উখিদ্রিবা অনৌবা ফজবা ঙাক্তনি। সোরোক ময়াগী নালহুদা চীংজুমনা রা রা চেম্থতুনা লমথাং খুদিংগী লৈরমই। অচুম্বা লোকচপ্পুদা য়েংথরুরগা 'মসিদা তাগ্রবাদি' হায়না হায়ফেৎসু কিবা পোকই। অতুবু নাক-য়েংকী ফজবতুনা ঐগী থম্মোই অসে থুমহংখি। ঐনা পোকহৌদগী ঙসি ফাওবদা ঐসে মহৌশাগা ফজবদগী কয়া থাপ্না লৈকরবা হাযবতু হে জিক্তা খঙলকই। ডিমাপুর লম্বীসিনা ঐগী অহানবা লকৈগী লমশাং ওইবদা নত্তুনা মসিনা ঐবু মহৌশা লাইরেম্বীগী নিংথিজববা লৈকোল অতু ফাওতুনা পুবগুম তৌবি। খঙহৌদে ইমাগা য়াইমাগা কোনা অরৈ খুদিংগী ওক ওক তৌরকপা। অতুনা গাড়ীসু ওন্থোক্লা তোয়না থামই। মতম-তুদদি কোনভোয় য়াওদ্রিবনিনা চংনিংবা মতমদা চংপা য়াবনিনা থোইদোক্লা লাংতক্লবদি পোক্কে। মাইল খুতি য়েংতুনা ডিমাপুর য়োগদবা মাইল কয়া রাংলিবগে হাবয়তু পাবতুনা গাড়ী তোংনা তোংনা মুংঙাইরবা রাখল অমা ওইরি। কোনা অমদা উখিবা

ইনক নকপা চীংদোলদা তাবা খূল মচা অত্থু কোনা কয়া লৈথোক লৈশিন তৌথুনা লৈখিবসিনা য়ৌব কৌবা নাইদে। খল্লি, তারা অশাংবা অমনা চুমদ্রিং চীংদোল অমদগী চীংদোল অমদা তিংথুনা শিংথথুনা চংলবদি থুনা য়ৌথ্রিনিদা হায়থুনা। ওইথোকপদি য়াই হায়ববু অঙাওবগী ব্রাখলনি। চুম্না কোনা ময়ামথু লৈ লৈথুনা লৈবথুদা নিংঙাইদবা অমা পোক্লক্রুনা পংখল মখল্লিবা হায়বথুনি । মাও য়ৌদ্রিবৈদা ইমাগা য়াইমাগদি কুচুগকা তাইফেৎ তাইরদনা মুং-বান ওন্দুনা গাড়ীগী ফমফমথুদা পদ্রাক পদ্রাক তাথুনা ফমই। কাকানা 'পাংখিদ্রেদা' হয়থুনা নোকই। ঙসাই অয়ুক্তগী মুংখিল ফাওবা গাড়ীথুদা তোংথুনা কোইয়েং য়েংথুনা লাকপনা হকচাংসি অশ্বোল চল্লক্লে। অত্থুবু অহানবা চৎপগী হৌনবা মাইল খুদিংগী নাকয়েংতা লৈখ্রিবা মফমশিংথু য়েংহৌদনা লাম্বোকখিবস্থু পাম্মুথুনা ইঙপ-ঙপ্লবা মিংসিনা য়েংবদি তোক্কে। ডিমাপুর য়ৌবদা মুমিদাংগী পুং তরেৎ তাগদৌবা মিনিট খরদা মঙাইরে। ইমম মল্লে। রেলগাড়ীস্থু খামথুনা লৈরল্লে। রেলগাড়ী ইহান হান্না উবনি। ইমাগা য়াইমাগস্থ হৌজিক্তা মমিং-মমায় খরা পাংথোরক্লে। প্রেমবালাদি খাউ মচাগথু য়ান্দুনা করিস্থু ইতৌ-তৌদবদৌনা ইঙক-ঙক্রুনা কোইলৈ লৈথুনা য়েংলি। ফার্ষ্ট ক্লাসকী পেং-পেং লাউবা ফমকমথুদা মুংঙাইরথুনা ফম্না ফম্না নোমথুনা য়েংই। ঐখোয়বু থিনবিরকপা মৈতৈ ড্রাইবরথুগা কায়নথুনা ঐখোয়গী রেলগী খোংচৎতু অমুক হৌরে। কাকানা পোৎচৈশিংথু মফম চানা থমথুনা ঐখোয়গী ফমুংনচিংবা থারিবৈদা কোইয়েং

য়েংপা মখ্বাং লাকপা কাংবুত্তুনা চাক পুথম ময়ামছু লোম্লহুনা মথংগী ষ্টেশনদা ওহাক লেপ্লিভেদা চংলকই। নোমহৌ নোমহৌ রেলগাড়ীদা তোংনা তোংনা চাক চাবছু মতাম ওইনা মুংঙাই। ঈশিংহুদি থুমহি ইচেন চেল্লদনা হাওতবনা। ডিমাপুর লম্বীগী থেক্কোই থেক্কোইবা লম্বীহু ওসি মুমিংচুপ্পা লাকপনা হেক হিপ্লবগা মহৈ মহৈ তোপ তানা তুম্লখিবা খঙহৌদে। য়াহৌরকপদা মুমিং আ য়ৌরম্লে। রেলগাড়ীদি লেপ্পা লৈতনা চেল্লম্মী। মুমিং য়ুংবা মতমদা ব্রহ্মপুত্র তুরেল লানগনি হায়না কাকানা ৱারী তৌই। কয়াম চাওরিগবা, ভূগোলদা তমখিবহুদগী কয়াম হেন্না পাক্লিগবা নত্রগা শাংলিগবা য়েংনিঙবনা মরেং মরেং চৎলি। রেলগী থোংনাওহুদা য়েংথোক্কুনা চা বাগান ময়ামহুগী অশং-অমান অমদি য়ুম খরা চোম্লপ চোম্লপ তাহৌবছু য়েংহুনা চৎলি। রেলগাড়ী তোংবা ফংলেদনা অম্মুম্না পূক্লিংদা অপেনবা অমম্ম পোকই, হায়দি হায়দোক্কে। ব্রহ্মপুত্র ময়াগী সাইখোওয়া ঘাট ষ্টেশনহুদা রেল-গাড়ীদগী কুমথহুনা মোটরবোত অমুক তোংহুনা মিনিট ৪৫ রোম তুরেলগী পাক্লবা ইমায়হুদা জিরী জিরী চংলি। কল্লবা ইরৈহু মোটরবোত মচাহুগী হিবানদগী ফুটমুক্কা ঙাইনা চেনখিবহু চিং-চিং লাউই। ঈশিং ইমায়গী অপাকপছু অঙৌবা লৈঙোইগী তোর্ব্বালহুনা অমুক্কা হেন্না পাক্কা শন্দোকখিবোই নিংহল্লি।

সদিয়াদা থুংহুনা কাকাখোয়গী কেম্প মচা অমা লৈরিবহুদা চাকলেন চাহুনা ওহাক পোত্থারগা জীপনা অমুক মাইল খরা চংলবা মহুংদা ডিবা তুরেলহু শামু তোংহুনা অমুক

লাল্লি। মসিগী তুরেলসিদি য়াম্না শাথি অমসুং ইপাম্বাদদি শামু মরেপ থুমহুনা ইরৈনা চেম্হনা পুখিবা য়াওই হায়। অদুগা কংথখিবসু পুং অমা অনিদা হেক্তা কংখি চীংলক্কী তুরেল ওইবনা। শামু তোংবদুসু পুন্সিগীসু অহানবনি। কুইনা তোংদবনা মুংঙাইফমদি খঙহৌদে। অসোমগী তুরেল রাংমদগী জীপ অমনা অমুক শুরু-খূববা জঙ্গলগী লম্বীদুদা অমুক মাংনা থোরকই। লম্বীদা লময়েনগকা তুবং তুবৎ য়াম্না চেল্লি। শামুগকাসু হেক্তা থোরকই হায়। অদুবু ঐখোয়দি উনবা ফংলক্তে। মুমিৎদাংরাইবমদা 'ফোর্টি ফাইব ক্লব' মমাংদা থুই। সদিয়াদগী মফমসি ফাওবসি মাইল নিফুমচানি। মসি ওফিসরশিংগী ক্লবনি। সোরোক মপান্দা মহোয় ময়াম ঐখোয়বু ওক্লমই। অনৌবা মীওইঙাক্তনি, মহোয়গা মতম খরা লৈমিন্নগদৌবিবনি। ঐখোয়গী পোৎচৈদু ককাগী কাৎটান্দুদা পুশিনহনখ্রগা ঐখোয়না অংকল বাক্তরাখোয়গী ইমুংদা চহাক পোত্থাহুনা হৈ মহী গিলাস অমমম থক্কুনা শকখঙনবি। মহোযদু ওয়াল্লারু মপুক-মপাউ ফংখে। মহোয়গী অঙাংশি দুসু ঐখোয়গা মিংকুপ্তা হেক্তা খঙনবে। অদুবু মতমদুদদি হিন্দীসি কয়া নিংথৌনা লোনবা হৈরমদে অদুনা শমপৎ শমপৎ খঙবা ভন্নবগী মপুংদা ওইনা ভাংনৈ। লোনথোক্তব-সিদা খজিকসু ইকায়।

অসুম্না মুমিৎতুদগী লোহিতপুরদা নোংমা নোংমা হৌখিবসি খঙহৌদে। মতমদুদদি চীংমায় মচাদুদা অফিসর মঙা-তরুক্কী রানা শাবা, মথক্তা জিজ্ঞ অঙাংবনা কুপ্পা ঙাক্তা লৈরমই।

ফক্লাংহুন্থ ব্রা মপুমসি পোপ পোপ থুগায়রগা খাবীহুনি। অহুবু য়ুম অমগী হায়বদি অফিসর অমগী লৈকম থোকপা কামশিংদি গুনা লৈ। ইম্ফালগী পুন্সিদগী মসিনা ওস্থোক্ল চিকখ্রে। য়ুমগী অকোয়বদা গুক্লবা উমংনা চীংমায়হু কুপখ্রি। অথাপ্পদা ব্রহ্মপুত্র তুরেলনা চেনবহু ইন্ডো-ভোবা লংখায় মচা অমা শাংনা তাবদোনা উরি। উমংগী ওইবা পুন্সিনি অহুম টেবিলদা কাতা চামচনা চাক চাহুনা ফিরোল নান্না শেৎভুনা তৌনিংঙাই ইলৈ-লৈতনা মতম লেনবদা ভাই। ইম্ফালদোনা নিংতম্ন শান্নবহু মসিদদি কয়া ফংদে। অহল-লম্মন অমস্তুং অঙাং মশেল উনবা খুদিংদা—'গুড মোর্নিং', 'গুড ইভিনিং', 'গুড নাইট'—অস্থুন্না চৎনবা মওংনি। মহুদা তুরেল মচাহুদা নোংমা ফাদোক ইরোইহুনা শান্নবা ফংবহুন্থ ওস্থোক্লা মুংঙাইবা অমনি। অহলশিংগা লোইননা অতোপ্পা মফমদা নোংমাফাদোকস্থ পিকনিক চৎলুই। অহুদগী থাংজা নোংমাইজিংদা হাউসিস্থ হেক হেক শান্নে। নোংমা ফাদোক মহুদা পৈশা ফংলকপহুন্থ মুংঙাইখ্রপোৎনি। মুংতিগী মুমিদাংব্রাইরমদা অঙাং ময়াম লোইনমক আয়াশিংগা লোইননা থাপ্পা থাপ্পা হাব্রা চাবা চৎলি। অস্থুন্না মথোং-মরাং খঙদনা লৈরকপনা লোল-লি, মীকি-লাইকিদবা অমস্তুং অঙাং ওইবগী হৌনবা তুরেল খোংস্নুঙ মচাহুদা তুমিন্না ঙা ফাহুনা শান্নরুবা, শগোল তোংহুনা অসিব্রাই ফাওবদনি হায়রগা থাপ্পা হেক চৎলুবা অস্থুম তৌরকই। প্রকৃতিনা মরাংকাইনা শন্দোক্ল্না লৈরবা মফম অহুদা অঙাং ওইরিবা ঐখোয় ময়াম লোইনমকস্থ

নৌনা চোংথংলকপা হানৌগুন্না মফমতুগী ঈশিং-মুংশিং মরক্তা মুংঙাইনা মতম লেপ্লি। সিফাই খরা লৈরিবতু নত্তনা মপানগী ইরাং চংদ্রবা চীংলমতুগী উমং মরক্তী পিক্লবা মফমতুদা শক-চু লোল-লি তিন্নদবা ঐখোয় ময়ামতুগী থম্মোইগী তিন্নফম ওইররি। য়ুম খুদিংগী ইংখোল অমমম লৈ। মতুদা পাল্লকপা ইনশাং-নাপীতু য়েন্নতুনা চামিন্নৈ। কাকাগী নেপালী ওর্দালি অনিতুদগী নেপালী লোনম্তু পাইবমখ লোনবা ঙম্না তম্লে। মখোয়শিংতুম্তু অচিকপা মফমতুদা ঐখোয়গা পুন্ন লৈমিন্নবগী মুংঙাইবতু শরুক য়ারি। ফোটি ফাইব ক্লব ময়াদা হৌব, উ থাংজি মখোয়তুদা কমতুনা পণ্ডিতজাতুনা হিন্দী তম্বিখিবতুম্ত নিংশিঙলুবদা ওন্থোক্না পুক্নিংসে নৌই। থা ফনা কুইনা লৈরক্লবা মতুংদা টেবিলদা চাক চানা চানা মৈতৈ ইঙ্গাং অহাওবা ময়ামতু মথং মথং নিংশিঙ নিংশিঙতুনা ইমানে ঐখোয় ময়াম ন্নারা ভৌই। ঐখোয়গী ইংখোলতুদা থাখিবা থা ফাদ্রিবা য়েন্দম পাম্বাতুগী মকা মবি শুনা তাদ্রিবতুদগী মকা মচা অনিদং হেক্কুনা মোরোক অতেকপা অমা-অনিদং তংখায় থায়দোক্কুনা আলু খরগা ঙা-চাক য়াওদনা মৈতৈ কাংশোয় মান্ন থোংতুনা পিজখিবতু অমুক্না মতিক হাউনা থোক্লুরে মতুদি ঙসি ফাওবা কাউদতুনা ন্নারা অসে নংঙোন্দা লিরাবসিনি। হৌজিক্তা খন্নুবগা নোক্নিংই। মৈতৈ ইঙ্গাংগী তোপ তোপ্পা কাউবা য়াদবা মহাও অনম্তু মরৈরম্মা। অতুবু মাওইবসে পুন্না হিংমিন্নতুনা ইচম-চম্বা মুংঙাইরবা পুন্সি অমা লোহিতপুরগুন্নবা লম্বী-থোং ফত্তা থাপখ্রবা মী তাদবা মফম

অমদসু হেক্তা নুংঙাইনা লৈনিন্নবা ঙমই হায়বসিদি শোয়দ্রবনি। লৈমিন্ননিংবগী থম্মোইদুনি মরু ওইবদি। মফমদুদা উনখিবা মাওইশিংদুগী মরক্তা আনন্তরাজ অংকল অমসুং জেতলী অংকলগী ইনুং মনু নত্তনা চহি অসুক কুইবসে কনামত্তা উনখিদ্রে। মহৈ মহৈ মাগী মাগী পুন্সিগী খোংথাংদা অতোপ্পা মাইকৈ কয়াদা চংনখ্রে। অদুবু মহোয়দুগী থাখলদা নোংমা ফাদোকসু নুংঙাইনা ফংই। অনুক উনবা থোক্লবদি থাইনগী ব্রাম্নীদা কয়াদা নুংঙাইগবা। লোহিতপুবদুসু হোংলম্লগনি, অদুবু অমুক্তংদি য়ে নিংই—অহাউবা য়েংদন কাংশোয় চাখিবা মফমদু।

---

# ৯

## “মীকোক অমগী মমল লুপা অনি”

ছুটি মনুংনি। ব্লাকচীং-কাইরেনগী লোন্নবা মতমনি। সুমিদাংগী পুং ৮ গকা তারক্লবদি ইম্ফালসে মীচিক-মীরাওখোল অমত্তা তাত্রদ্রনা ইম্বমথাগী অইংবত্নদা ডারেন ফম্বা থরা থরা হৌরকপদোনা তৌই। সিনেমা হোল মনুংগী মীনিলগী অশাবত্নদগী মপানগী অইংবা সুংশিৎতুদা হেক কাস্থোরকপদা খঙইং হেক ইংলদনা মিৎ-মায়সে ইশিং হেক শিঙই। মহৈ মহৈ শমজি থায়নত্ননা হঙ্গাম থোংবা ইংত্রিঙৈদা য়ুম য়োহৌনবা চৎনখি। ঐস্সু খোঙনা কপ কপ তৌরদনা কোলাস

লম্বীদুদা কল্লপ হায়খরকই। সাইকল তোংবা কাংবু কাংবু ঙসাই উৎখিবা মুংঙাইবা-নে ব্লিংবা মতাংদু হন্না নৈনদুনা ফজে-ফজদে হায়দুনা হেনগৎতুনা চৎখি। সাইকল তোংবা অনিখক্তি মমাসিঙ্ক লৈশারীঙৈগী হিন্দী ফিল্ম অমগী মতম অমদা য়াম্না চাক্লখিবা ঈশৈ অমা হুই ঙংদুনা হৌজিক্তা খাম্বী মৈচাক্তুনা হল্লকই। তাবদা ঐস্থু খঙহৌদনা পুক্লিংসে ইনৌ হেক নৌরকই। ঐনা ঈশৈ মখাদু শমথদুনা ঙংগে তোবদা মহোয়না হেনগৎলক্তুনা চপ লেপহারে। থাপ্না মাংদা ঙায়োনবী অনি-অহুমখক চৎপদু লম্বীগী মুশি-মুশিবা মৈঙালদুদা উই। তুং হন্দুনা য়েংববু ইতাক তাক্লে। ইংবনা খোংগ্রাও ফুরিংখাওদগী খুৎ অনিদুদি শুকলৌ-লৌথোকনিংদে। নাসে ইং-ইং লাউরকই। ইথম্ভ চৎপগী হৌনবা ব্রাখল অমদা ইতাউ তাউরদনা খউহৌদে ঙসাইগী ঙায়োনবীশিংদুগী মতুংদা খোঙ অনিসে ঐগা ইতাক তাক্তনা শিল্লোন-শিঙ্খিন থাংদুনা লৈরম্মী। খোংকাপ কুন-কুম্থ্রামুক শোখনা মহোয়গী ব্রারীদু অদুম নিংথীনা তাবা ফংই। অহানব-দদি কয়াবু খোয়জংলুদে, ঙসাইগী ঐগী রাগদুদা মুংঙাইরুবনা।

হায়ফেৎ তাহৌবা 'লীশিং তরুক' হায়বদুনা মহোয়গী ব্রারীদা হায়ফেৎ পুক্লিং থিংজিন্না না থাঙ্গৎতুনা মখা তাথরকপা ঙায়রকই।

"হা ইবেমশা……হৌজিক মতমদবু লীশিং তরক্ক করি ওইরিবগে, ঙা অমদা লুপা কুন কুম্থ্রা পিরবা মতমসিদবো।"

ঐদি পাংচাবগী ন্নারী ওইবম্বা য়াই খল্লুরে। মখা কবি তাথবকপগে হায়ববু,

"খঙদেদা, ঙবাং লৈবেন্না চাযববু হয়েংনি হায়বত্তুগী মুমিদাংদা থিল্লকনি হায়না পাউথাং য়েৎবকই হায়দা।"

কবিনোনে ভাব অমা ইতা তাদ্রে। চমন্নবিদৈঙদা অমনা,

"অতুবু য়ুমথোং অমদা কযা কয়া থুংলক্কদগেনে? ঐখোয়দি য়ামদ্রবদি হেক্কা তোকই হায়সিঙাইরে।"

"ঐখোয় লৈকাযদগী ওইববদি ময়াম্মক্কনিদা, অতো নংসু পাতুনা ময়েংউ হায।"

"য়ুমথোং অতুক য়ামখ্রবত্তুবু—অতুগীসু মথক্তা য়ুম অমমম্দা মীকোক অহুম-মবিদি মবৈনবপোংনি হায়বা। ইন্দোইবেম্মা মীকোক অমদা লুপা অনিগকা অতুম থুংলরনি।"

"ফবু ফমনখ্রে মহোয়গী মার্কাতুনা কিং অমুক্তং নম্বিবগী-দমকপু।"

"কবিবুদি অরাবপোংনা, অতুদা ঙসাই ঙাস্তোইনা হায়ববু মহোয় মাইকৈদদি দব চাওখ্রে হায়দা। হৌজিক্কগী হৌনা মমলগকা তিক্কদে হাযবে, লুপা মঙা মঙা হেক্কা লাস্তোবকপিনি হায়দা। নত্তে, ঙসাইগু ইনেহনস্ত তাহোবনাইনে ঙাস্তোইনা হায়বত্তবো—মহোয় মাইকৈতুদা চোংথোবকইবদি মীথিং মবি মঙা শুমাল্লে। অতুনা মাগী মাগী খোংবান চেনবা কাংবুত্থ লাক-লাক্তুনা, অমনা লুপা অনি অনি য়েন্নমই হেক তাবদা অতোপ্পা অমনা লুপা মরি মরি হেক্কা চেনবিনিদো। অসুন্না দরসে শর

শর় হেনগৎলকই হায়দা—লৌজিক্তি লুপা তরাগকাবু য়ৌরম্বা য়ারে।”

“ইবেম্মা, খোংবান চেনবা কাংবুতুনা তৌরিবম্বু অঙকপনি হায়দা। অহিং-মু'থিল নাইদবা চার-থকঅদনা লৈবত্তুনা মুমিদাংদা পৈশা থিনবা চংপদা তংখায় অমাবোমদা ময়ামদা ময়ৌরপোংনি হায়দা, অতৈদি মরল্লাই ফুরিংখাওদা খোং-খোংপা হাপচিল-হৌবা জাংনি।”

অতুনবু ময়ায় কৈথেলদা বা র লাউরিবতুনিদনা—লৌরী য়ুম্ফম বন্ধান য়াম্না চংনতুন। পি-কোক য়াম্না ভাওনরে হায়দনা।”

“অতুবু কনানবু কাগদৌরিবনানে ?”

“ইমাইপেম্মা, কাগে মথৈ কাজসমু—করিনা হায়বদা মহোয় লেপ্পিবা ময়ামদে। অমঙা হেক মথোং তুক্তে। অতুনা ঐদি হয়েং মুমিংতুদা থোকউবা অমদা কিং হেক নল্লগা থাদরগা লোইরে।”

কৃষ্ণ! কৃষ্ণ! ঙসাইগীসিদি মীকোক অমগী মমল লুপা অনিগী ভাওনিনা। হঙগে খন্দুনা য়া কাথোক্লুরগা খৌনাওদা হেক পল্লি—করিনা হায়রদা শানা শিবনা খোংগুলদা মীনা শিবনা চিনদা। থবক মচাসিগী খল্লুবদা হায়নিংলম্বা, হঙনিংলম্বা পূম্নমক্তু পুকন্নুনা শুরু শুরু হেক তুমখি। অতুবু থম্মোইসিদি কয়াদি মম্নুংঙাইতে। অতুমকপু বুদ্ধি-লৌশিং ওইনবা ইমা-ইবেনগী ব্রারীসিদি লৈবক হায়জিনদ্রিফাওবদি মতারগে খন্দুনা খোঙথাং খরা তপথবপ থাংতুনা থাপলপ পূক্লিংচংনা তারি।

"ঐখোয় ইন্দোইবেম্মাসে পাংখেদকো—থাইনগী সিধা-সীথিনিনে। নত্তে, ঐনা হায়জখিবদি ঐখোয় মাইকৈদমু কনা ফবা য়াওরিবগে—মী অচংবা অমত্তা হেক য়াওদবনি, বদনাম চারবা ফোংহাম ঙাক্তা, অতুক পৈশা খবা লৈবা সঙ্গ কাবক-শাবক তৌবা নত্তনা কবম্বা মীথোই মীহেনবা, ময়ামগী ফনবা খনবা য়াওবগে ? অতুনবু য়ারিমখৈ তেংমখৈ লৌথোক্লবা তৌহৌসে হায়বনি। অসিদবু করি চোপনিংঙাই লৈবগে ?"

"হোয়, হোয় হৌজিক মতমসিদা ঐখোয় মঙাইবে চাওবিসি। য়ুমদা মিৎ-ককলা অমত্তা উইবা ফংত্রবনি, হা অতুগী কাংবুনি হা অদাগী কাংবুনি হায়দনা লাকখিবসিনা অমগা অমগা হেক হুন্নতুনা ঙাংলখিবসিনা থরা লৈরবদি পেঙ চোয়তুনা ঙায়োনফমকা অমত্তা ফম্বা ওমদবা তাবে।"

"অওইবনি ইন্দোইবেম্মা, হৌজিক্তি খোল্লৈ-খোন্দানা ফজবিবা, মধুক-মপাওনা ফবিবা, হয়েংদা মঙাইরে মী উখি-রোইদৌবা।"

"ঙহাক ঙাইরে, যুম য়োৌতুনা চাক চখোম অমত্তং হুক্কে হেক তৌবিঙৈদা 'মাইকৈ অ--সো--ম--দা লৈবিবিবা ইপা-ইপল, ইমা-ইবেল, ইচিন-ইনাওশিংগী মফমদা নোমুক্লনা নিংশিঙজবি মতুদি...... ..' অসিনচিংবা কয়া শিথ-শিথনা হেক নাহেরদনা 'অতু য়েকপদা অদা থাবদা শিল অমমমতং নম্বিতুনা লৈবাক সেবা ফংহনবিয়ু' হায়বসিনা হঙৎকা হন্দাগা তাঙ্গা চাত্রবদি অনি-অহুম ফাংজিন্নতুনা লাওশিনমিন্নবমু কোঙ্গায়নিদো। মহোয়দি

অহিংগকাসি তুম্বা লাকপা চাংপোৎ নত্রে, কাদবু কারবদি হায়দনা।"

"কাবু হেক কাখিবদা দূনা দূনা হেন্না মহুৎ হঙ্গিলহৌনবা, হৌজিক চাক খাংখিব্রা, মী অরাক খুদিংগী অচা-অথক চা-মুং, অন্নাওবী অখোংবীদা চৎখিব্রা পৈশা, গাড়ীগা গাড়ীগা থাউনা ঈশিং ওইনা শিজিন্নখিবগী চেনিং ময়াম অতুগী মথক্তা লৈরক খুল্লক্তা চাইখায়খিব্রা পৈশা চবুন চবুনতুগী বাকী-শিকী লাকখৎতুনা ঐখোয়দগী শুমতুনা লৌনবা চক্রীনা খাং লাকপা ঙম্লোইদবনি। অসিদসু নত্তেদো লৌরী-য়ুম্ফম দূকান-মুংগান বন্ধানদা চৎখিবা ময়ামতু থা ফাদনা হন্দোক্তুনা অনৈবা লম অফবা কয়া হেক্তা খোপচিনখ্রদবনিদো। মসিসু খিৎতহেক হায়শিন্নববদি, মানা চহি অসুক কুইবসি অসুম্না চৎনরক্লবা হায়বনিমা। য়েংউদনা, হয়েংদা মঙাইরে ইমা-ইবেন ময়ামগী অন্নাবগকা অমত্তা হেক উদনা কারদা বে-বে হায়দনা তকখায়গে তৌতুনা চৎখিগদৌবা।"

"লাইমা খঙইদা ইনাওসিদি, ঐখোয় মাইকৈগী দরসিদি নংগা তিক্লহনবনা খরা ফবা তাইয়ে।"

"ফাগী নত্তেনে ইচেমহন, পিকখ্রবা লম অসিদা চেল্লিবা মনুংগী ঈচেল ময়ামসিদি আ মীরৈবাক্তসু তৌরমগনিবু নিংদে —অতুক লুখিত্রবা হায়বা। ওম্মোক্লবু হৈখ্রেনে হৌজিক ঙহাক্কী নোক-চালান তৌবদি।"

"ইবেমশা, মসিগী ইরাংসিসু কনখ্রপোৎনি। মহৈ মহৈ মাগী মাগী শাগৈ নাতৈ ময়াম চোংথোক্লতুনা মসিদা লাউরিবা খোংলিবা ঙাংইবা শকইবা ময়ামসে।"

অথাম্নদা তুরেলরাংমদা মাইক পান্দুনা লাউবগী মখোলচু খরা খরা নকশিল্লকপোইনা তাই।

"তু তু লাউবু লাউরেনেসে তৌজিক্লা। হয়েং কারবা মতুংদস্থ অম্নৈা হেক মথরাই য়াওনা কোইনোম-নোম কোইচেন চেন্দুনা ময়ামগী অৱা-অনা হওলবদি কয়াদা হেক ফগবা। কয়াদি থাজদেদকো!"

"কলিগী অবতার ময়ামদো, ঐখোয়সিদা অমমক্লম্ব ওক্লগদবদো লোইনা পৈশিন্দুনা লৈরবনি। নত্তেনে, ইন্দোইবেম্মা-খোয়গী ইবুংঙোচুস্থ মমান্নবগীনি হায়দনা থরাই য়াম্না য়াওনা হোংনরিবচুবুনে—মহোয় কাংবু কাংবু নুংশিনদবদগী ফুন-চৈনবা তৌই হায়রিবসিদা ঐদি লাইমা নুংশা থিজখে........" হায়দনা খরা নহা ওইবী মচিন ফবীচুনা ঙাং-ঙাংচুনা হায়থখি। ঐখোয় লৈবক মপাদা ঐদি হায়জিলহোরে।

ঐনা খল্লি, হায়রিবসিনদি মণিপুবসিদি চাওখৎপরা চাওথববা মওং অমদি তৌরপোংনিদা। মাকোক অমদা লুপা অনি শিচুনা পঙ্গং-ফিরাল থেংপা য়ারিবা লম অসিগী মীওইশিংসে নিংতম্বগী চপচাবা মমল খংদবা তাইয়ে। লৈবক অমস্বচুদা ৱাথল খন্না খন্না চংই। লুপা অনি, শুপ্নগী লুপা অনিদা মাগী ৱাথল, মাগী অচুন-অবাল পূন্নমক য়োম্থোকপা ঙল্লিবা! মবুক ফমনব্রা নত্রগা পংমনব্রা অমদি তৌরেসে। ওম্থোকপা লাইওংনি।

থরাই-মি অমুক্তং কৌখংতুনা থো-লাং খরা মতাং চানা তৌহৌত্রবদি ফিভমসে ওস্থোক্লা লুদৌরিদা। অতুদা জ্ঞান তানবা থোসিদি খোয়রুনা শাবা মীদা উশিন তৌতুনা কোকপদি য়াবোইদৌরি। হৈখ্রেদা মীগী অচেংবা য়েংতুনা লুপা অনিদা মন্ত্র শোঞ্জিন্দুনা থামাইশিনখ্রিবসে। থাগৎতবা ঙমদে। অতুদা নুংশিবিরিবদি, হৌজিকপুদি নুংঙাইখিনি হয়েং খরা লৈরগা লাঞ্জদবা মাংঙান্দা লংজকবগী মশাদা কোকপা ঙম্লরোইদবা লাইথুং পক্লক্লনি হায়বসিদি খঙদেনে। পানা মতপ অমদা চিন পৈহন্দুনা মীখন অমা ওইনা চোংথোক্লুরগা নামৈ য়েপ্পা হৈবমদদনা লৈবাক মীয়াম মমাংদা ইচোপ-চোপ্পদনা তোক্কনি হায়বসু খন্দেদো। মসে কনাগীস্থু মরাল নত্তে, লৈবাক মীয়াম্না পংমন্দুনা তবায় তরায় লৌরবননি। মার্কা অমদা শিল অমা কিং হেক নম্বসে মিংকুপ অমত্তনি অতুদা মতুগী নম্লমদাইগী ব্রাখলহুনি খাইগী মকদি। মসিগী ব্রাখলগী পরিংসিনা চুমহৌদহুনা হৌজিক্কী ইরাংসিদা লাকহংখ্রবদি ইখোঙদা শিংজঙনা য়ানজবগা অমহানি। ঐখোয়গী থোঙ্গাল য়োরম্লে। ব্রাখল মখা খন্থবা নংহৌদেদা। অতুবু ঙসাইগী লুপা অনিগী দরতুবু হয়েংকাদি খবা হেনগংলম্মদ্রা নত্রগা মীকোক লৈবা ফংদতুনা কোক্লা ঈশিং চাইনবা মী য়াওনরগদ্রা! মসিমক্তি হৌজিক্কী মতৌসিদা কয়াদি থাজফাংতে। অতুদি শুপ্পগী লুপা অনিদা!! হেরা, হোংমন লাকমনখ্রেদা থিং, ফৌ-চেংনা অম্লক তাংলবা মতমসিদা— কোম্থোং লোনশিন লোশিন্না খল্লি।

# ১০

## "অরোয়বদা চিংথহৌরবা ব্রারী"

নহাল শিংজমৈগী অবোক্ত লাকপদা কবোক খোয়বাক য়োম্লকপা অংঙৌবা চেবাংহু চুহি তোংপা কবোক মক্ত মরি-মঙাখক পক্লদনা শারং উপু মনুংদা লৈবমই। ফনা য়াম্বা কবোক্কি অহুবু ঐখোয় ময়াম চংহুনা ইমা উহনদনা থিলহৌ থিলহৌ হোনবদগী ঐগী অবোয়বা পালীসিদদি কবোক মক্ত মরি-মঙাহুনা পেম্লবা হোৎনবা তারি। খুৎলৈ থুনা শৎ লৌথোক্তুনা য়েন্নথারোমদা পরপ পরপ থোরক্তুনা কোযরুপ কোয়রুপ য়েংলদনা কবোক মক্ত খবহু য়ামুংদা ফৎ ফৎ হুকচিল্লী। থুমপেৎ থুমপেৎ তৌরদনা মুংঙাইত মুংঙাইত চিনবান্দো লেকশিল্লী। ঙহাক্তুদা কদাইদগীনো অতোপ্পা ব্রাখল অমা

মশক খঙদ্রিইঙদা অতোপ্পা মফম অমদা অনৌবা লোল অমা লোন্দুনা চাওরক্কুনা নংগী পুন্সিদ্ধ লেনবা থোক্লবদি মতুগী নংগীতা ওইজবা খংহনতুদি ঐনা ফোংদোকপবুদি নং নশানা ফোংদোকচবনা হেন্না চুম্বা হেনগনি। মরমদি ঐদি ইবাইবক ফবা হায়গদ্রা ফত্তবা হায়গদ্রা ঐগী পাক্লফম লংদমসিদা পোক্কুনা মসিদা ইমারোল অসে লান্দুনা চাওরক্লে। ঐখোয় লমসিগী মী কয়া চীংনা ইকোয় কোয়শিনব লমসিদগী মপানথোক্কুনা নংগুম্বা শকখঙনদ্রিবা মীওই কযা মফম বয়াদা উনবস্ম য়াওরমগনি। মতুদা মখোয়না করি খল্লিগবা মুন্না হায়বা ঙমদে। মপুক্লিংদা শুংঙাইবা, অপেনবা অমদি ইখৌলাংবদি শোয়দনা পোক্লমগনি নিংই। অতুবু ঐগীদি মিংসিনা উখিব্রা চীংলোনসিনা ঐগী লোন অমদি ইরৈবাকী ঙমখৈনি। ঐগী রাখলদি শকখঙনদ্রিবা নংগী ননাক্ত তত্তনা সিংকুপ থুদিংগী লাকপা ঙমই। নংগী রাখল হেক তৌরুবগা ঐগী ইমারোলসে হেক্তা নিংশিঙলকই। অপিকপা লমসিগী লাক্তাক পাংকুম ঐগী ইমারোলগী হৌরকফমস্ম চীংগী অকোইবা লমসিনি, ইতিনফনস্ম অসিনি। অতুনা নোংজুথাগী নোংহৌ অমদা কোংগুত মচা অমদা তুংতুনা লৈহৌবা ইচেল য়াওদ্রবা ঈশিংগুম্নবা ঐগী লোলনি। অতুবু ঈশিংগী ঈশিংদি অঙ্কানি, অতুনা লোল অসি লোল্লিবা মীওইশিংসিগীস্ম মপান নাইদ্রবা থম্মোই অমমমদি পাল্লি। ইচেল নাইবা নংগী নমারোলদি মালেমসিগী লমদম কদাই কদাইয়োনা চেল্লস্ম য়াই। অতুনা ঙসি ঐনা অসিগুম্নবা মফমসিদা লৈতুনস্ম নংগী নমারোলগী

ইচেলগী ইরাওখোলদো শোম্বাংননা তাবা ফংলিবনি। খন্দুনা য়েংউ, তাইবংসিনা করম্বা মীওইনা মমারোলবু তরায় তরায়না মতমগী ইচেলদা ভাউংহল্লিনা য়াওবগে। অতুনা ঐস্নু ঐগী লৈয়েংসিনা লোল অসি হক খংপা ঙম্নকভৈদগী পুন্সিসিদা লোল অসিগী শিংচমদুনা লমন অমা তোনখ্রবনি। অতুনা ঐস্নু ঐনা হিংলিবৈদা ইমারোলসে নিংথীনা চাওখংতুনা নংগী ইমায়চে ল্লবা নমারোলগা মতম অমদ মতম অমদা তিন্নহল্লিংই। মসিগী নু ঙাইরবা মতম অসি লাইবক থিদ্রুনা ইহাকথক-নহাকথক্ত থোকত্রবস্নু ইচা-ইশুগী হাক্তকতা মতম অমদা শোয়দনদি থোকহল্লিংই। মসিগী লিক্লম অসিদি ঙসিগী 'ঐ' না হয়েংগী 'মা' গীদমক ফাংলমদবা য়াদে। মতাং অসিদা থরদং অমুক খঙ্গানৈ। মতৌ করম্না ভুংতুনা লৈরবগুম্বা ঐগী ইমা-রোলসে করম্বা থাহৈনা করম্বা রাখলনা অনৌবা ইচেল অমা পোকহন্দুনা নংগী ঐগী অতুগুম্বা অপুনবা থম্মোইগী অথাপ্পা মফমতু তান্না পুবক্কদে রিবা! চীংনুঙ-মান্নুং উমং-ব্রামং কয়া ফাওনা চেল্লক্তুনা থম্মোয় কয়াগী অতোপ্পা রাখল কয়াগা ইরোয়নতুনা মীন্নুংশিগী পাক্লবা ইপাক্তুদা নংগী ফজরবা নমারোলগা ইতিন্নতুনা মতুদা থোরকপা ইরাওখোলহুনা অমত্তা ওইরবা তাইবং মীওইবগী পুন্সিগী খোল্লাও ওইগদৌরিবনি, মীপুম খুদিংগী থম্মোইদা মতমগী খোংচৎকী অকুপ্পা খোঙথাংগী লাংতক্লরবা ইথিল অমা পোকহন্দুনা অনৌবা তাইবংপাল অমগী মুংঙাইরবা শক্তম অতু য়েংনিংবনা অচুম্বা লম্বেল অতু

থিরক্লগনি। অছুবু কদায়, মালেমসিদা লৈবাক কয়াগী মশিং থিঙমদ্রবা লোল কয়া লৈখি। লোল পূম্নমক, লম পূম্নমক মাগী মাগী মথরাইদগী হেন্না হৎশিববা তাংলবা পোৎশক ঙাক্কনি। ময়ামসিগী মরক্তা ইবানিনা উনগদৌবিবসি কদাইদনো? উনবা ঙম্লবদি ময়ামসিগী মফমদা ফিদম অমা ওইবস্থ য়াই। মহোয় অতৈশিংসিদস্থ হায়ত্থনা য়েংখিস্বিা! য়াবক্কদরা নত্রগা নংগী ঐগী অয়োনবা বাসে মহৈ য়ান্দত্থনা তোক্লগদরা? ঙাইখো, অস্থুক য়াম্না চনৈননা হিংগদবগী শকক 'মালেম অমা, মীরোল অমা, মীওই-মপোক অমা, অস্থুন্না শেস্বদি খক ঙম্লরোইদ্রা নত্রগা য়ারবোইদ্রা? তাবদা য়াম্না নোক্লিংবা ওইনা থোক্লগদ্রা?

নত্তে, লোলগী মক ওইবর্থ মীওইবগী থম্মোইগী মপাউ নিংথীনা তম্বা নত্রা? লাল্লব্রনে? ঙসিগী তোঙান তোঙানবা লোল ময়ামসিনা মীপুম খুদিংগী থম্মোইদা অত্থুম্ন পাউজেলত্থ চেল্লুবা ঙম্লববা? লোল খুদিংমক তোঙান তোঙানবা ফজবা লৈরবস্থ মখোয়গী লমখৈ অত্থুদি তকল্লবা মীওই খবগী থম্মোইতগী ওইনা তৌখে। ঐগী ইমাংবোলসিস্থ অত্থ মঙাই। অত্থুদি করি তৌনি?

কুইনা খল্লবা মতুংদা, ঐনা হায়নিংবা অমত্তং লৈ মত্থুদি তোঙান তোঙানবা লোল ফনা লৈত্থনস্থ লোলশিংত্থগী ইচেলগী ইতিনফম্না মীস্নুংশি তম্না চেল্লিবা মখৈদি নো মা নত্রগা নোংমদি থম্মোয় শিন্থুংলকখিনি হায়বসিনি। অত্থুদি নংনা হংনিঙলক্কনি

ঐগী ইমারোলদি মীন্নুংশিনা ইতিনফম ওইরবরা হায়না খন্ননিংঙাইনি। মপুং ফারবা লোল অমত্তা তাইবংসিদা লৈত্রি হায়বা য়াই, চাওখৎলবা লোন্দি য়ান্না লৈখ্রে। ঐগী ইমারোলদি ঐনা নিংজবা নত্তনা নখোয়দি চাওখৎলবা লোল অমনি হায়বা ফাওবা হায়নিংলোই। মসি খল্লুবদা ইকায়নিংঙাইনি, মীওইবগী হৌনশানি। অদুবু লোল অসি লোল্লগা ঐগী অপেনবা অমদি ওইবি। ঐগী ব্রাখলগী পোথাক্ম লোলসিনা ওইরি। ঐগী ইরাবাক্কী চেল্লিবা তুবেল, উবিবা চাংলোন, ওয়্রবা লোকচপ, শুক্লবা উমং-ব্রামং, তানখ্রবা তম্পাক, খোংঙিবা উচেক-ব্রায়া হুমলিবা মুংশিং; পাইরিবা লৈচিন, ঙাল্লিবা নুমিৎ থা-থরান, ইমায় চোল্লবা পাং ময়ামস্লিদা নত্তনা মকমসিদা হিংলাবা মীওইশিংগী নোংমা নোংমগী তোপ-তোপ্পা পুন্সি মখলশি সিনা লোল অসিগী লেপ্পা নাইদ্রবা ইকুৎনি—ইখে লাংলবা ঐগী ব্রাহৈগী তাউথরকফমনি। ঐনা কোংদোকপা ওমহৈলবা ব্রাহৈ কয়াস্থু মিকুপ্তা কোঙ্গোল তাকপদৌনা তাকখি। ইমারোলগী ইপাক্ত ব্রাখলগী হিনাও তো তুনা মীন্নুংশিগী চাংজৌ তন্না হে ন্নবা লাক্করি। পূক্লিং অমস্থুং থম্মোইনা মরুনি। অতৈদি মহোয়গী মতুং ইনবনি। অত্তুনা ঐনা হৌজিকস্থু থাজরি—নোংমদি ঐস্থু অশেংবা মীরোল থোরক্তুনা থম্মোই থন্না পাউদম্নখিনি হায়না। মতমত্তুদদি লোল মখলশিংসে মচল চাববা নাচোমগুম্না মখোয় ময়ামগী অপুনবা তোপ-তোপ্পা মীন্নুংশিগী লৈনম নুংশিবা অমা মালেমসিদা মীওইবথী থম্মোই তন্না শিংলক্লনি। অত্তুনা

ঙসিগী ঐগী ইথৌদি ইমারোলবু নিংথীনা মশক খঙনবা হোৎনবনি। মতুতদা তাইবংসিদা থম্মোয় শিন্নবা ঙম্নগনি।

মখাদি চুহি ইতৈ তৈরদনা ময়েকশিংদু ইচায়-চাইরে। ককথোক-ককশিন তৌবা পরেং মরি মঙাগী মতুংদদি চেবাংদু লোইশিল্লকপা মতাং থোক্কুনা করিমত্তা ইরমত্রে। কনানো মসিবো, ঐনা খল্লি। মানা ইবিবদো পাবদি বরং ববঃ পাথত্তুনা লোইখ্রে অতুবু মথোং-মবাং অমত্তা খঙদে। মতমতুদা ঐনা খল্লি, মখুৎ ফজনবা নিংলক নিংলকপতুদা পংই-ইদুনা শান্নবা ওইরম্বা তাইয়ে হায়না। অদু নত্রগবু কনানা কবোক য়োম্ননবা পিবক্কদগে। নত্রগনা মসি ইবিবা নুপা নত্রগা নুপীদু খঙহন্দনা মহোয় ইমুংগী অঙাংশিংনা সিনেমা য়েংনবা তুমিন্না দূকান্দা চে যোনবদা য়াওবক্লম্বস্নু ময়াই। নত্রগা মশামক্ল, ইবমখৈ ইরুরগা মথৱাই তাদ্রদুনা, মহোয় লৈকায়গী খোংনাঙখোং-ফম্বীনা পোৎ তম্নবা চে নিববদা পিথোরক্লবা জাংলা? শিংজমৈগী অবোক্তা হংলবদি কবোক লৈফমদু খঙগনিসে। অদু ওইববদি চেবাংসিগী লাকফমস্নু খঙবা য়াই। মতুগা কৈদৌদোবিবা? ভাবপো হায়রিবা। অস্নুম্না খন্দুনা ফজববা চেগী উচেক অমা শাদুনা নুংশিৎতা লংখৎতুনা মাগী ৱাখল ময়ামদু মশা পান্দুনা পাইহনখ্রে।

**লোইরবা**

## ছাত্র-ছাত্রীশিংগীদমক্তা

অথন্নবা অতাবা মমলদা

১৯৬৭ ইংগী ডিসেম্বরদা

রণেনগী

# নোংথক্তা পাইবা

ফংবিরগনি

---

মমিং ..............................................

মথা ..............................................

..............................................

স্কুল/কলেজ ..............................................

---

লাইরিক ফংফম :— "জিতসজ"
য়াইস্কুল জন্মস্থান,
ইম্ফাল, মণিপুর।

* অকক্লবা লাইরিক মশিং ওইবনা লাইরিক লৈবা মতমদা চেনা অসিদা মিংনচিংবশিংসি ইরগা পুবিরক্লবা হায়জরি।

ম সি গী শ ম জি ম্ম দ বা প রেং সি দা শে তং পি য়ু




রণেন্দ্র...

# নোংথক্লা পাইবা

মীওইবনা উচেককুম্না পাইনিংলকপদগীনা ঙসিগী চাওখৎপগী পলম্বাংমা লান্দুনা থাদা চৎপা তাম্নরকপা অমসুং মসিগী মতুংদা করি ওইরকপা য়াবা হায়বা ফাওবা অমত্তা চিংথদনা মীপুম থুদিংনা পাবদা মুংঙাইনবা ইচম চম্না ইরবা লাইরিকনি।

১। এরোপ্লেন কমদৌনা পাইনি!

২। রোকেট করিনো?

৩। কৈদৌঙৈ অমসুং করম্না থা য়ৌদুনা অতৈ থবান্মিচাকশিংসি তম্না পাইবা ঙমগদগে?

৪। মীওইবা অমসুং পাইবগী পৎথৈ।

৫। হৌজিক্কী লাম্লোং অমসুং খুৎলায়।

অসিনচিংবা অতৈ অতৈ মরম কয়াস্থু নিংথীনা ইহুনা ~~কোক্লোপা কোননা~~, অমসুং য়েক্তুনা তাক্লবা, মীপুম থুদিংনা পাবদা অমসুং মুমথোং থুদিংদা, লাইরিকশংশিংদা থম্বদা কাম্নরবা; [illegible] মচু ওনা নম্নবা লাইরিকনি।



অমুক্তং পাক্লনা য়েংবিয়ু!!

শ্রোয়দনা হেক্লো কুপ্না নৈনবিনিংলক্কনি!!!